# লাইবক্তা ওম্লা

লাইশ্রম দেবেন সিংহ



# লাইবক্তা তম্লবা

মণিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগনা ড্রামাগী শরুক্তা অনিশুবা মনা পীরবা।

(Order No. 1/3-10/92.– ED (II) Dt. 13-11-98)



শ্রীলাইশ্রম দেবেন সিংহ
চীংঙামথা য়াংলেম লৈকাই, ইম্ফাল।

ফোংজবী ঃ

**শ্রীমতি লাইশ্রম ওংবী মেরি দেবী**

চীংঙামখা য়াংলেম লৈকাই, ইম্ফাল।

অহানবা খুৎনম ঃ ২০০০ ইং

কোপী মশিং ঃ ৬০০

মমল ঃ




মখুমগী লাই ঃ

**শ্রীথোইদিংজম তোম্বী সিংহ**

**খাগেমপল্লি, ইম্ফাল**

ফংফম ঃ

**শ্রীলাইশ্রম দেবেন সিংহ**

চীংঙামখা য়াংলেম লৈকাই, ইম্ফাল।


নম্ফম ঃ

**ইবোয়াইমা প্রিন্টার্স, লোক্রাওবুং, ইম্ফাল**

# কৎচবা

করি থংদ্র' ননাইনি
খুদোল্ 'মতং তম্জরি
লৌবিয়ু লৎন' লৈতনা ॥

ওঁ সাই রাম ।

অইবা

# ৱা খরদং

শ্রীলাইশ্রম দেবেন সিংহবু শৈরেংবা (Lyricist) অমা ওইনা ঐখোয়না শক খঙই। আকাশবাণী ইম্ফালদা মহাক্কী ঈশৈ কয়া শন্দোকখবে অমসুং ঙসি ফাওবদা শন্দোক্কুনা লাক্লি। শৈরেংবা অমা ওইনদি মহাক অসি মায় পাক্লবা অমনি হায়বসিদা হায়মনবা থোক্রোই।

মহাক আকাশবাণী ইম্ফালগী শৈরেংবা অমা ওইবগী মথক্তা রেডিও প্লেগী লমদসু চংশিল্লকই। মশক তাক্লবা হোৎনরকই। মাগী রেডিও প্লে ঙসি ফাওবদা কুম্লাগী মথক্তা শন্দোকখরে। মহাক্কী প্লেশিং অসি য়াম্না "ক্রিয়েটিভ" ওই অমসুং আদর্শ অমদা পান্দম ওই। শম্না হায়রবদা মহাক অসি গুণ চেনবা 'ভার্সেটাইল্' ওইবা অইবা অমনি হায়বসি হায়জনিংঙি।

মাগী প্লেশিংদগী অহুমদং খনগৎলগা *(লাইবক্তা তম্লবা, খাইনবা অমসুং সমাজগী খুৎশেম)* লাইরিক মচা অমা ওইনা ফোংলাক্লবা অসি মণিপুর সাহিত্যগী লমদা মথেল অমা অমসুং অনৌবা খুদোল অমদি ওইবনি হায়বসিদা হায়মনবা থোক্রোই।

**শ্রীচান্দম গোপাল সিংহ**
রিটয়ারড ম্যুউজিক প্রোডুসার
আকাশবাণী রেডিও, ইম্ফাল।
ডিরেক্টর, রূপমহল থিএটর, ইম্ফাল
তাং ১২।৫।২০০০

# ঐগী ৱাহৈ খরদং

তাং ২৫। ৫। ২০০০
শগোলশেল

Shri Laishram Deben Singh গী লিলা মচা অহুম পুনশিল্লগা 'লাইবক্তা তল্লবা'' হায়না মিংথোনবা লাইরিক অসি মনুং ফাওনা পাজরুবদা ঐগী থমোয়দা তোপ-তোপ্পা ইনোৎ অমদি ইথিল কয়া ফাওরকখি। করিগীসু ফাওরকলোই, অইবা মশামক লৈবাক্তা শকখংনবা কলা সংস্কৃতি অমদি সাহিত্যগী লমদা ফমফম লৈরবা মীওই অমনি। মহাক All India Radio, Imphal গী মমিং লৈরবা শৈরেংবা অমা ওইবতা নত্তনা মখল মথেল কয়াগী Radio, লিলা কয়ামুকসু ইখ্রে। মহাক্তা All Inadia Radio, Imphal দা পীখিবা Constribution শিংগী মনুংদা অহানবদা শৈরেংবা অমা ওইনা য়েংলুবদা – মহাক্তা শৈরেংখিবা থাগী ঈশৈ 'ওলাং থাগী শারবা নুংশাদা ...'' পাখং লৈশাবীশিংগী থমোয়নুংদা কল্লবা ইনোৎ কয়া ফাওহল্লি, লোয়ননা 'কবিগী শাওখিবনো অদুংঙে মেরাগী থাবল'', ''কাইনবগী অরোইবা মতমদা'', ''কৈদা লৈগে নংবু ..'' মথং-মথং। অদুগা ইরোইননা অমুকসু লিলা ইবা অমা ওইনা য়েংলুরগসু Radio দা শন্দোকখ্রিবা লিলাশিংগী মনুংদা ''লাইবক্তা তল্লবা'' হায়রিবা অসি অইবা অসিগী ইতোপ-তোপা মহাও অমনি। লিলা অসিনা মাগুন্না অইবশিং কয়াগী পুক্নিং হৌগৎহল্লি।

অমুককা হেন্না নুংঙাইবা ফাওবদি লিলাগী অৱাই-অথুম তৌরকপদা মাপা চানা চানা শিজিন্নরিবা ৱাহৈ ৱাতাশিং অসিনি। মসিমক্তা লিলা পাবিরিবা, য়েংবিরিবা অমদি তাবিবিবা খ্বায় পুম্নমক্কী পুক্নিংবুসু চিংশিলহল্লি।

শ্রীলাইশ্রম দেবেন সিংহগী লাইরিক ওইনা ফোংদোকলিবা লিলা অহুম (১) লাইবক্তা তল্লবা (২) খাইনবা (৩) সমাজগী খুৎশেম হায়রিবা লিলাশিং অসি য়ুম্বাল্লবী নুপীশিংগী চরিত্রদা অয়াম্বা য়ুম্ফম ওইরগা ইবা লিলা ওইনা তৌই। অইবনা মনুং ফাওনা উশিন্দুনা য়ুম্বাল্লবী নুপীশিংনা চৎনা-পথাপকী ৱাংমদা হেক চৎলুবদা ওইরকলিবা ইমুং-মনুংগী ফিভমশিং ময়েক শেংনা তশেং-তশেংনা উৎলি। অদুগা অকোনবগী লিলা ''সমাজগী খুৎশেম'' হায়রিবা লিলা অসিগী

মহাওদি তোপ-তোপ্পনি। লিলা অসিনা উৎলিবদি শুনিংবা মীগীদি থবক্কী থবক ঙাক্তনি হায়বসিনি। মরুওইনা সমাজদা পীনিংলিবদি মশানা মশাবু থবক পীজবা ইরোইননা তোঙান-তোঙানবা জাৎ লৌন-লৈনবদা মপুং ওইবা লিলানি।

লিলা অসিমক্তদসু মপুং ওইনা শক্তম লাংলিবী মালাগী (Mala) Role অসি অইবনা অফবী ফিদম্নফম ওইবী নুপী অমা ওইনা পুথোকই। পারুবদা অমদি নৈনরুবদা কান্নবা ফংগনি হায়দনা খল্লি।

অরোইবদা হায়জনিংবদি অইবগী খোর্জৈনা ইথোকরকলিবশিং অসিনা তুংদা হৌরকলিবা নহাবোল কয়াবু কলা সংস্কৃতি অমদি সাহিত্যগী লৈকোলদা লৈচল অমা ওইনা লৈশাং তমজনিংবা কয়াগী লমজিংবিরনি হায়না লৌজে। থোইদোক হেন্দোক্না থাগৎচনিংবদি অইবনা সমাজ সংসকারন তৌবা ওইনা Media গী খুৎথাংদা মখল-মথেল কয়াগী লিলা শান্নহনবিখিবা অসিনি।

মতুংদসু চোকথবা লৈতনা পুন্সি শিঙ্খা লোইদ্রি' ফা ওর্বদি মখল মথেল কয়াগী ঈশৈ, লিলানচিংবা কয়া অমা ইবকখিগনি হায়না ঐহাক্না আশা তৌজে। লোয়ননা ঈশ্বরনা থৌজাল মিৎয়েং য়েংবিদুনা অইবগী রাখলগী লৈকোলনু মপুং ফংহনবিয়ু হায়না থৌনিজরি।

ইতি —

শ্রীনিংথৌজম লোকেন্দ্রজিৎ সিংহ
প্রোগ্রাম এজেকুউটিভ (ড্রামা)
ওল ইন্দিয়া রেডিও, ইম্ফাল
তাং ২৫।৫।২০০০

# ৱাহৈ খরদং

মীযামগী মফমদা ৱাহৈ অমা অনিদং থমজগে। লাইরিক অসিদা ড্রামা অনিগা, লিলা মচা অমগা লোয়ননা থমজবি। লাইরিক অসিগী মমিংনা – "লাইবক্তা তল্লবা" হায়না মিংথোঙ্গরে। য়াম্না হৈ-শিংনা ইদুনা পুথোকচবা নংচদে, চুম্নতগী ৱাখলগী ঈচেল খরতবু মীয়ামগী মফমদা খুদোল তমজবনি। চিল্লবা মতমবু ঙাইহাক্তং কাইথোকপীদুনা মিৎয়েং তাবিবগদি হোৎনজমলগী মহৈ য়াম্লে হায়দনা লৌজগে, করিগুম্বদা অরাল-অশুম্ব থেংনবিবগসু কবি খংজদ্রিবা নাবাদি খনবিদুনা মীয়াম্না ঙাকপীগনি।

লাইরিক অসি নম্নবগীমতা শেলগী মতেং পীবিরকপগীদমক ED (S), Govt. of Manipur বু ইহান-হান্না থাগৎচরি, লোয়ননা Ch. Gopal Singh, Retd. Music Producer – A.I.R. Imphal, Director – Roopmahal Theatre, Imphal ; N. Lokendrajit Singh, Drama Producer – A.I.R. Imphal ; Th. Tombi Singh, Retd. Principal – Imphal College ; L. Raghumani Sharma, Prop. – Devla Book Store, Masajid Road, Imphal অমসুং Iboyaima Printers, Loklaobung, Imphal দা তৌবিমল খংবা উৎচবি।

ৱাহৈ খরদং অসি থমজবগা মীয়ামগী মফমদগী কাইননবা য়াথং লৌজরি।

লাইশ্রম দেবেন সিংহ

# লাইবক্তা তম্লবা

## ( ড্রামা )

কলাকারশিং—

১। দেবশ্রী — কবি অমা

২। মুহিন্দ্রো সিংহ — দেবশ্রীগী মশেননুপা

৩। রতিসনা দেবী — দেবশ্রীগী নুপী

৪। যশোদা দেবী — দেবশ্রীগী মচননুপী

৫। একাশিনি দেবী — রতিসনাগী মমা

৬। ইবেমহল দেবী — রতিসনাগী মচানুপী

৭। ডাক্তর, অসিনচিংবা।

# লাইবক্তা তল্লবা

## ( ড্রামা )

### অহানবা শরুক্।

**( চিক্লবা কা অমদা দেবশ্রী লাইরিক্ অমা ইরি, অমনা নাক্তা লৈরি; রতিসনা চংলকই। )**

রতিসনা — মোই পাবুং, চিক্লবা কা অসিদা করি লাইরিক্পু ইবিরিবগে ?

দেবশ্রী — দেবশ্রী ঐহাক্কী রাখল্গী ঈথিল্'সে কৈদৌবগীনো অমুক্তা মনিং তম্না লৈহল্লুগবা, আ-কা-অচৌবদা ফম্মী হেক্তা লাকই, মমাং-শঙ্গোয়দা খরা হেক ফম্মুবগনা মীনা অমুকতোযবা .........., ঙম্নমকসি কান্নদে খন্দনা ইবেম্মা ইবেমহলগী কা অসিদা করিগুম্বা খরদং শম্থুবা; অমদি খোংশিল্হৌবদসু নহাক্লা হেক্তা ............।

কবিনো ঐহাক্লা ইগদবসে, হা-রতিসনা ?

নমিংনা-নমিং ফজরিবা, নশক্লা-নশক্ নিংথিজরিবা, করম্বা পূন্য তৌজবকপদগী দেবশ্রী ঐহাক্লা; নহাকপু হন্দক মপোকসিমগী লোয়নবী ওইনা ফংজববা !

রতিসনা — (থবাই-তানা নোক্লগা) অদুবুদি মোই পাবুংগী দয়ানিদনা। নত্তে আ-দগী লাইবিক্ অসিনা কৈদৌঙৈ ফোংলিবা ?

দেবশ্রী — থা অসিগী মমাংদা ফোংখ্রবনে। কোপী লিশিং ৩ লোম লোয়খবে, মথং অমা অমুক্ নমগদৌরিবা।

রতিসনা — আ মমিংসিবু ওন্থোক্লা ফজখ্রেনে, করি হায়এ য়ে-য়ে "লাইবক্তা তল্লবা"। মসিমদি মোই পাবুং, কনাগী লাইবক্তা তল্লবনো ?

দেবশ্রী — রতিসনা অদুক কোথবগী অর্থ লৈতে, লোয়ননা মদুগীদমক্তা

নঙোন্দা ব্যাখা তৌননবগী মতম লৈতে-কো। নহাক্ নশা হায়র মেট্রিক্‌নি হায়বা, নত্তে ইবা-পাবা গুন্নবনি হায়বা।

রতিসনা – হেক ঙাংলুরে কোচিগা কোরাংগা। (লাইরিক ফাক্তুনা য়েংলবগী মতুংদা)

'সিগী সম্পাদকতি ঐহাক্কী মিংদা! নত্তে মোই পাবুং, লাইরিকসিগী মমিংবু ঐঙোন্দা ওইনা থোল্লবজাৎলনে ?

দেবশ্রী – কৈদৌবগীনোনে অঙাওবী, অপংবীসিদি। য়েংঙোই লাইরিক অসে ইবা লোয়রবনিনা ইরিবা অসিগী মমিং অমদি লৈফম থোকই, মসিখক্তং খংশিল্লু হায়বনে রতিসনা।

কান্নদেসে, অরেম্বদা ব্রা য়াম্না ঙাংনবা। য়েংঙোই ঐখোয়গী চাক্তি কমদৌবা ?

রতিসনা – চাক্কী ব্রাদি লাইরি-এ মোই পাবুং, আ-য়াম্না জ্ঞান তানা, মোই পাবুংনা ঐহাক্কী ব্রা অসিতদি তাবিয়ো হায়বা।

দেবশ্রী – অদুদি তম্মোদনা, রতি –।

রতিসনা – ঐহাকসে হয়েংসিমক, ইবেম্মা ইবেমহলগা লোয়ননা ঐখোয়গী য়ুমদা লৈরুগে খল্লি, আ-পংকুইদি কুইরকলোই, থা অমদি মফাগদরা; মসি মঙাইদা।

দেবশ্রী – মাংজৌননা খন্ননদবসিদা, হয়েং হেক্তা চৎকে মহায়বসিবো। চৎলুরগা হেক হল্লকদবসু নত্তে, থা অমারোম লৈরুগদবসিদা !

নত্তে, আবোকখোয়; ইকুখোয়গী অনা অয়েক ......... ?

রতিসনা – .......... থোইদোকপা অনা-অয়েক লৈতে মোই পাবুং, চুম্না 'ছুম মতম খরদং আ ইবেম্মাগা লৈরুগে খনবনি, অমরোমদা ইমা পাবুং উন্নদবসু চহি য়ামশিল্লকএ; লম্নগা লাপ্পনে ।

দেবশ্রী – গুন্নমক খংঙিনে ঐহাকসু, য়েংঙোই রতি নহাক্কী চৎপা অমদি চত্তবগী পাওখুমদিনে হোরেল কোন্না, চো-চো নথৌ পাংথোক্লু ..........., ঐহাক লাইরিক অসিমক্তং লোয়শিল্লগে; ঐহাকপু অমুক্তা য়েৎলুনুকো।

রতিসনা – ঐহাক্না হায়জরিবসিনি, হয়েংগী নুমিত্তা মোই পাবুং নোং-ফুং হেক ঙানবগা ইবেম্মগা .........।

দেবশ্রী – মখা তানুকো নহাক।

রতিসনা – শোয়দনা ঐহাক চৎচব্রগে, অদুদা ব্রা অমত্তুংদদি মোই পাবুং।

দেবশ্রী – ঙাইহাক লৈর অমা; ঙাইহাক লৈর অমা, করিনো নহাক্কী চক্তিসে ?

রতিসনা – "লাইবক্তা তম্নবা" হায়বসে কনাদা খল্লগা হায়বদি বেজ তৌরগা ইখিবা নত্তে হায়বদি খংজরে অদুবু ইখিবগী মরমদুত্তদি খংজনিংবগী ব্রানে।

দেবশ্রী – কনাদসু বেজ তৌরুদে, ব্রাখলগী ঈপোমদা লাকপা ছন্দ অদুত্তবু চুম্না খোৎচিলহৌবগী ব্রাতনি; মসিদা কনা গুম্বদসু চানরুদুনা পংখন-খনবগী ব্রাতানি রতি।

ঙসিগী নহাক্কী ব্রাহংসিমদি ওম্বোক্লা কোচি য়াম্না লৈখ্রবজাৎনিকো। মীনা খৎতিং ঙাংথোক্‌লকপদা, খিৎতং য়া কাথোক্‌লকপদা অইবা ঐখোয়দি মাংজৌননা হেক্তা ........।

রতিসনা – অদুনবুদি, কবি দেবশ্রী, কবি দেবশ্রী; হায়নরিবসিদনি। (নোকই)

দেবশ্রী – অদু ওইরদি, অদুগুম্বা অফাওবা কবিদুগী নুপীদি; নহাক্লা অদুম ওইরবকো। (নোকমিন্নে)

'সি য়ৌরবদি নহাকসু চৎখিবা য়ারেদনা।

রতিসনা – লাংলিঙৈদা ঙ্ঙানগা লোয়না মাংখরেদা। আ-য়েংঙোই, আ-"লাইবক্তা তম্নবা" হায়বগী লাইরিক্‌সে মোই পাবুংগী ব্রাখলগী ঈথিলনে হায়বিখিবনিদনা।

ফরে, লাইরিক অমসিনা করি হায়না মিং থোনবিগদৌবিবা ? মসিমক্তগা তাকপীয়ু।

দেবশ্রী – মসিগী লাইরিকসিগী মমিংদি ছুম্না খল্লি-এ রতি।

রতিসনা – করি হায়না ?

দেবশ্রী – "পুন্সিগী মৈরা" হায়না।

রতিসনা – মসিগী অর্থদি ?

**দেবশ্রী** – (নোক্লগা, য়াম্না তপ্না)

অদুবু র-ও, নহাক্লনে, ঐহাক্কী মৈরা; ঐহাক্কী পৃন্সিদা। তস ! কমদৌই। (নোকমিন্নে)

**রতিসনা** – মদু ওইরগদি মোই পাবুং লাইরিক অসিমা ফোংবগীদি ঐখোয় ইপামলোমদা মনিসনা কৌবা মীওই অমগী প্রেস অমা লৈয়ে। করিগুম্বা শেলথুমগী অৱাৎপা লৈরগসু ঐখোয় ইমা পাবুংদগী অদুম লৌবা য়ারেদনা, মদুম তৌরগদি ঐখোয়গী শেলগী অচিনবা খরদি কোক্লরগনি .... মোই পাবুং।

**দেবশ্রী** – মদুমসু থন্নবদি য়াইদা রতি, অদুদা হৌজিক হৌজিকমক্তি খুত্তা লুপা লিশিং ১০/২০ লোমদা মণ্ডাইবে। শেলফমসিদগী অমুক ঐখোয় ইমুংগী চৎনগদবা, লৈকাইগী মকপ-মপাংগী, অমরোমদা অমুক নহাক্কা, ইবেম্মা ইবেহলগা লোয়ননা আবোকখোয়দা খা অমরোম লৈকনবগী খরচ; ঐহাক জ্ঞান্ তাদে রতিসনা। (স্বর মপী অমা শাংনা হোল্লি)

ঐহাক্লা লাইরিক ফোংলগা মীভোন্দগী শেল অমুক পুকবগী অর্থনা করি ?

**রতিসনা** – থোকলিবা শেনথোক অসিদা ঐখোয়না করম্না হিংবা তাবিবা ! পোৎ-চৈ চান-থক্লবা, শেৎন-ইন্নবা, খুদিংমক নোংম-নোংমগী মমল হেনগৎলিবসি ঈশিং ঈচা ওগুম্না, অদুগা মোই পাবুংনা অমুক কয়ানি চংনা লাইরিক ইগদৌরিবা; মদুগী শরুক ঐখোয় পাবুংগী লৌপরি ২/৩ লোমদং মউরগদি মদুনা হেন্নদুম নুংঙাইগনি মোই পাবুং।

**দেবশ্রী** – তানিংদবনা নাকোংসে শিংজা য়ৈরে। য়েংঙোই, নখোয় পাবুংগী লমদুদনে লৌমী য়াম্না লৈরমগনি, মখোয়দা ওইনা নহাক্লা খরা থীরুকো, মফমসিদা নহাক; মখা অমুক তারনু। নথৌ তৌরুচো চৎখ্রো চৎলো রতি।

**Light Off**

## অনিশুবা শরুক্।

**( দেবশ্রী, মশা ওমদদনা ফমুংদা হিপ্লি, মরক-মরক্তা নাহে। মচল-নুপী, যশোদা; মবুংগী কাদা। )**

যশোদা — তামো-তমো।

দেবশ্রী — কনানো নহাক ?

যশোদা — তামো ঐহাকনে, যশোদা, নচলনুপী যশোদানে।

দেবশ্রী — ইবুংগী ইবেম্মা, যশোদা, নহাক লাকলি (লোক কন্না খুই)।

যেংঙোই, ঐহাকতো ওসি নুমিৎ খরনিসিদি হকচাং ওমদদনা মপাল ইপালগা অমত্না থোক্তরে, খা-ৱাংগী মীনসু অমত্তা খংলম্মরোই, অদুগা ঐখোয়গী থবক ইনখাং শু-নোম্বশিংসু লোয়নমক ময়ুম ময়ুমদা ওম্না চৎনখরে, খরনা তোকখিবা য়াও, লোয়ননা নং-ননম্মসু ইবেমহলগা লোয়ননা মপামদা চৎখিবা থা অমদি মফাগদৌরে। হল্লকপগী মরোলদি ওসিফাও .... (লোক খুই) মসিদা

যশোদা — ঐগাক লোয়না খংজরে তামো, মখা অমুক তাথবিরুগনু। হকচাং খবা কনখৎন্নবা হিদাক লাংথক লৈরুনবা হোৎনজরুখিগে। হৌজিক্তি নচল-নুপী যশোদা লাকলবনিনা ইবুংগী তু-নাম্মা তেকপা য়ারোই।

দেবশ্রী — হোৎনরুগনুদা ইচলসিদি, মথন্নতা ফজখিগনিদা অরেম্বদা শেল তিংননবনি ইচলসিদি। য়েংঙোই, নচাশিংদি ?

মুহিন্দ্রোসু নোংমতা 'সিদগা লাকখিদ্রে, মবাইবু শাওরিবা জাৎল-ও ?

যশোদা — কৈদগী শাওগদৌরিবা তামো, মখোয়-বাবানা। তৌবগীদি মহোয়-বাবাসু য়ুমদা লৈতবা থা ৩/৪ মহায়শিল্লকলে। হেদ-মষ্টরনি হায়দুনা আ-চীংদা লৈখরে। য়ুমদনা অঙাং ৩/৪ গা। অঙাংশিংনদি লাক্কে-লাক্কে মহায়জবনি, অদুদা ঐহাক্না স্কুল; কলেজ ছুটি নৎত্রগদি হায়দুনা তামো।

দেবশ্রী — মপাদি করি চীংদা ?

যশোদা — তমেংলোংদনি। ঐখোয়গীনা ঐখোয় ওইখরে তামো।

করি মরমদগী ঐখোয়গী ইনস্মনা, তামোগী ফিভম অসি খংনা-খংনা মপামদা কুশি-রাশিদা চৎখ্রিবা ? মপামগীনিবু মহায়রগদি মহাক্কা মী কনাবুসু করিসু ওইনা খল্লুদে, 'মদি নিংলুদে। করিগুম্বা খুদোং অমা চাদবদগী তামোনা ......... য়ুমসিদা কনা খংদনা করিগুম্বা লৈখিদবা থোকলগদি মহাকপু সমাজসিনা করি হায়না ঙাংনখিনি অমদি শোন্নখিনি, হায়দা হায়রুরগা আ-ঐখোয় ইপামদি নখোয়গী ছুম্নগা তৌদে; লৈজ-লাকচবা হৈনজবা নত্তে। মৈ-ঈশিং, ফিজেৎ চাকচা, চান-থক্লবা, লম্বীনা — মরোল লৈখোম্না খুজেং ময়ৌবা, লম্বী ফংঙি শনগাড়ি লম্নেলমক্তা, মীদা ময়েংঙি নাক-পু মতাদবা; মসিগুম্বগী ইহুল অমা লৈ হায়না খল্লি তামো। তশেংনা হায়রুরগদি নুপী ঐখোয়গীদি তামো, মপুরোইবগী মফমদু লেংদ্রবা অমদি শেংলবা পূন্যধাম অমা ওইগদৌরিবনি। মপুরোইবগী অরা-অনা, নুংঙাই-য়াইফ খুদিংদা পুন্না লোয়নমিন্নদুনা লৈত-লাইর-তাথোক-তাশিন তৌনদনা লৈরবা মতমদুতা; নুপী অদু সতি ওইগদৌরিবনি তামো।

তামোখোয়নসু লাইবিক ইরিবনিনা লোয়না খংবিরিবদুনি — সাবিত্রি সাইত্যবানগী।

দেবশ্রী — ঙাংলগনু যশোদা, ইবুংগী লাইবক্তা তন্নবা হায়বদুনি মখা অমুক তারনু।

যশোদা — মদু, য়াদে তামো। মচলনুপী অমা চাওথোক-চাওনা লৈরি হায়বসে ঐখোয় ইনস্মনা খরখিৎ কাওখিবগুম তৌই।

অসুক চাওখ্রবা, কনা লৈত্রবা, লৈকাংনা থল্লবা কা ময়ামসিগী মনুংদা তামোনা ইথন্তা নাহেদুনা লৈরম্বসি থেংনরুবদা নচলগী মিত্তগী পী শিন্থখিবা খংহৌদে তামো। নচলগী থমোয় পুবা ঙমদে। ঙসিসিমক, হৌজিকমক মহোয়-বাবাগী মফমদা চিঠি অমা ইখিগনি।

দেবশ্রী — করি হায়না ?

যশোদা — ঐহাক্কী অমত্তা ঙাইজরবা তামো, মশা য়াম্না ঙমশিল্লক্তরে; মরমসিনা থা ১ গী ছুটি লৌরগা থোরক্কবা য়াদে হায়না।

দেবশ্রী — মদু য়াদে যশোদা। নচাশিং অমদি নহাক্কী মরমদা মওইরগদি ব্রাফমদু অচুম্বনি, অদুগা ঐগীদমক্তদি মদুম্না খক হোৎনগদবা নত্তে ইবুংগী ইবেম্মা যশোদা।

যশোদা — ঐহাক, ডাক্তর অমদি হিদাক লাংথক্কীদমক্তা অমুক্তা হোৎনজরুখিগে তামো।

দেবশ্রী — অরেম্বদা শেল তিংননবা যশো।

## ফ্লাস বেক্ (Flash Back)

দেব-ব্রাখল — নহাক্কী অনাবা ফননবগীদমক্তা নচল্ নুপী যশোদানা হোৎজবসিদা করিগীনো নহাক্না অদুক নথমোয় কল্লিববো দেবশ্রী ?

দেবশ্রী — ঐহাক থমোয় কনবগী ব্রা নত্তে। তশেংনা ইচলগী শেল তিংহননিংদে। চহি কয়াগী মতুংদা নোংমখক্তুং মবুংগী নাক্তা লাকপদা, ডাক্তর অমদি হিদাক লাংথক লৈগদৌরিবা ! তশেংনা মীগী মরলদগী নয়া পৈশা অমফাও লেম্না পামদে।

দেব-ব্রাখল — মদু ওইরগদি নহাক্কী নুপী অঙাংশিং কৌরো ....। অদুম তৌরগদি য়ারেদনা কবি দেবশ্রী।

দেবশ্রী — মদুগী ব্রাথোক অমা লৈ, ঐহাক মখা অমুক তারবোই।

অসুম্না ...... তশেংনা হায়রবদা ঐহাক অসে তেলঙ্গা তৎলবা মীশক অমা হায়বদো ওইরবনে, তেলঙ্গা তৎলবা অমা, তেলঙ্গা তৎলবা অমা; তেলঙ্গা তৎলবা অমা ..........। (হৌনা ঙাংবা)

**( ডাক্তর অমদি যশোদা চংলকই। )**

যশোদা — (পাখৎনা) তামো তামো !

দেবশ্রী — ইস ! ওন্থোকপা মতৌ হায়বদুনি। ইবেম্মা ইস !

যশোদা — অদুক কন্না লাওরিদি ?

জ্ঞান তারবরা তামো ?

ডাক্তরসু লাকএ।

**ডাক্তর** — শ্বর অমুক্তা শাংনা হোল্লবিয়ু। অমুক্তা সোমদা সোমদা, লৈ-দু অমুক্তা তিংথোকপীরকউ, য়ারে য়ারে। হকচাংদি ইনিল খরা লৈরি। লোক তোইনা খুইকো লোয়ননা হকচাংগী তাং-তাংদসু চিকলমগনি।

**দেবশ্রী** — তৌই ডাক্তর, মসিবু।

**ডাক্তর** — থোইদোকপা অকায়বদি লৈরোই, হিদাক খবা চারগা অদুম ....।

অদুনদি ইবেম্মা, মসিগী হিদাক্‌শিংসি লৈরগা পীজসি। নুংশা থীনিংঙাই লৈতে। করিমক্তা চিংনবিরুগনু, করিসু লৈতৈদা।

**যশোদা** — ডাক্তর।

তামো পোথাবিরম্মু, ডাক্তর অমুক্তা থিনদোকচরুখিগে।

## Light Off

## অহুমশুবা শরুক্।

**( থা অমগী মতুংদা, দেবশ্রী হকচাং ওল্লক্তদুনা ফমুংদা ফম্নগা, ফক্লাংগী অহোবা অমদা নুমিৎকী মঙাল চংলকপপু উরুরগা। )**

দেবশ্রী — হে মঙাল কৌবী লাইরেম্বী, ওয়োক্লসু নিংথিজেদা, ফজখ্রেদা, নংগী নঙালতনা তাইবং জিব পুম্বসি হিংনরিবনি অমদি পুন্সি'সি অর্থ চেলহল্লিবনি; অদুবু ঐহাক্কী পুন্সিগী মঙালদি কদোমদা থোকলগদৌরিবা!

অকনবা নোংলৈ নুংশিৎলক্তা পুন্সি থাউমৈনা ফেরে ফেরে হুমলি, মুৎলি মুৎলিবা আশাগী মৈরিদা ঐহাক্কীনা করম্বা আশা!

লোয়শিনবা ওল্লরোইদবা মাল্লেদা ঐহাক্কী লাইরিক "পুন্সি মৈরা"। ইগে খল্লি, ব্রাখলনা অব্রাবা ঈচেলদা চেনথখি; ইররোই খল্লি থম্নোয়না মঙমদে। পুন্সিদি পুন্সিনি, অব্রা-নুংঙাইগী। ইথন্তগী ব্রাহংদা, কনাগী পাওখুম ওল্লমক মায়াগী ব্রাখল বিচারনি, অদুবু ঐহাক্কী পুন্সিগী হিদেলনা কয়াম ব্রাৎলিবা, কনানা নৌরেল পাইরিবা কনানা হিমাই চুমলিবা; মসে ইথন্তগী ইশরুক্তি নত্তে হায়বা। মহাক ঐহাক পুল্লগা ওইমিন্নখিবা তাইবংনি, মসিদা করিগীনো মহাক্লা নাইতোম চৎনিংলিবা, অচৌ-অশাং শানিংলিবা; নোংমগী লেনবা তাইবংদা-বতিসনানা মহারানি ওইনিংলি নাপলগা লোয়ননা।

ইবেমহল— বাবা বাবা করিগীনো নহাক্লা মহারানী হায়রিববো ?

দেবশ্রী — কনাসু নত্তেদা, করিসু হায়খিদেদা; লাইরিক্কী ব্রাখলদা ছুম হায়খিবা ওইরিনিদা। য়েংঙোই ব্রা হায়গে।

ইবেমহল— উম।

দেবশ্রী — নখোয়ননে আদা আবোকখোয়গীদা লৈবা মতমদনে ঐহাকপুদি নিংশিদবরা ?

ইবেমহল— নিংশিংঙি, য়াম্না নিংশিংঙি বাবা। চাক চারমদাই, তুন্নমদাইদনা, অমুক্কা হেন্না নিংশিংলকই; মসিদগী হেন্না নিংশিংলকপদি বাবা —

স্কুল চৎলমদাইদা। 'সিদদি স্কুল কারমদাইদা ইমানা খজাই অমদা চুপ্পী, অতোপ্পা নাকল অমদনা বাবানা চুপ্পীরগা; বাই-বাই তৌরগা চৎলিদো।

**দেবশ্রী** — আদদি নখোয় নমানা চুপ্পীদ্রা-ও ? বাই-বাইসু তৌদ্রনে ?

**ইবেমহল**— করিমক্তা তৌবিদে, স্কুলফাও কাদে। নোং হেক ঙানবগা ঐখোয় আবোকনে, মামোনে, ইমানা আবোক্কী নাকলদা, মখোয় লোয়না চৌকি অমমম ফল্লদুনা কমনরুমদা মীনাই মীশলশিংদুনা শেবা তৌরদনা; ঐহাক্কসে মচানি হায়বসে কাওথোকখ্রদনা হন্নগা য়েংবিপোৎনত্তে বাবা। য়েংঙোই বাবা, নোংমদি ঐখোয় ইমানা হায়রিবা।

**দেবশ্রী** — করি হায়রিবা ?

**ইবেমহল**— ইবেম্মা নহাক বাবাগীদা থীন্‌বিরগে, ঐহাক্তি 'সিদা 'ছুম; করি হায়রিনো বাবা ?

**দেবশ্রী** — মখাদি ?

**ইবেমহল**— ইমানা বাবাবু য়াম্না শাওই। নত্তে, মহাক অসিবু ঐখোয় ইমুংসিগী মী নৎতবরা ?

**দেবশ্রী** — নুংশিদনা নহাকপু নমানা লক্কবা ওইবিনিদা।

(শ্বর মপী অমা শাংনা হোল্লগা)

ঊম চুল্লবনি, মদুমক চুল্লবনি ! য়েংঙোই মখোয়দিনে ইনাক-কৈরাক খুনবা শেঞ্জাও পাইবা, অদুগা লমদমদুগীদি মচিল-মন্না চৎপা ইমুংনিদো।

ঐহাক্কী 'সিদদি লাইরবা অমা ওইবনিনা মীনাই-মীশল থম্বসু ঙমদে,চাক ফাওবা চরা অনি শুনা পীজবা ঙমদেদো নুপীমচা। হিরম খুদিংদা শোৎথরবা নং-বাবাগী পুন্সিদা অমুক নুংঙাইরক্কনি হায়বসি নমানা কৈদৌঙেদসু মংদা ফাওবা মংদে নুপীমচা।

**ইবেমহল**— অদুদি বাবা ?

**দেবশ্রী** — য়েংঙোই নুপীমচা, বাবানা হায়বসে মুন্না তাও।

**ইবেমহল**— বাবা।

দেবশ্রী — করিগীদমক্তা নহাক্লা নমাগী তুং ইল্লিবনো ? ইপাগী নাক্তা লৈরগা লাইরিক তমগেদি খন্দ্রদুনা, নপুন্সি অদো অরেম্বদা মাংলনি হায়বা। লাইরিক লাইশু কন্না তমদুনা অফবা, অচৌবা মী অমা ওইগেদি খন্দ্রদুনা নমাগী মতুং ইনলদি কৈদৌঙৈদসু নহাক্কী তোংজবা ফংলোই। নমান্নবশিংনা মতিক চাবা-চাবী অমমম ওইখ্রগা, নহাক্লা কৈথেলদা এলাং-কেঙোই য়োনবা তারগদি কনাগী থমোয়না পেনগনি। নং-বাবানা য়াম্লা লাইরবা মী অমা ওইদুনসু ইচাগীদমক্তা মীনাই ওইরবসু ইচাগী য়াইফানবা হোৎনগনিকো।

**ইবেমহল**— উম বাবা। ঙসিদগী বাবাগী নাক্তা 'ছুম লৈরনি।

দেবশ্রী — মমা মপানা মচাগীদমক্তা অফবা থবক্তা হোৎনরিবা ঙাক্তনি, মদুফা ওবদা পেন্দদুনা লৈবা কয়া অমা য়াওনরিবনি ইবেমহল। মুন্না খল্লু নমানা নংগীদমক্তা খনবা ঙমদে, মসিদা মনিং থুংদ্রগা মপামদা হেক্তমক লৈনি; য়ুম অমা পানবগী চৎনবী রুহি করিমত্তা খংদে। মরমসিদগী নহাক্কী পুন্সি লম্বীদসু অকায়বা লাকলোই হায়নিংঙাই লৈতে, নুপীমচা ইবেমহল।

**ইবেমহল**— বাবা।

দেবশ্রী — পৃথিবীদা ফাওখ্রিবা অফাওবা কয়াসে, অফবা মমা অমমম ফংজখিবদগীনি।

নেপোলিয়ন্না হায়খি — "ঐঙোন্দা অফবা মমা অমা পীবিয়ু মিকুপ্তা পৃথিবী পুম্বগী মপু ওইগে।"

অদুনদি নিংহন্নবা য়াদে নুপীমচা, নং-বাবা লৈরিসিদি।

**ইবেমহল**— বাবা।

**রতিসনা** — করি ব্বরিনো ঙসিদি ?

**দেবশ্রী** — লৈত-লাইরগী ব্বানিদা মমা।

**রতিসনা** — হেক ঙাংথোকলকপদদি কোচি হেক্তা মথাংবা, মসিদনিসে ঐহাক্লা থা ১/২ ইপামদা লৈথোকল্লুরিবসে; ঐহাকপু মীতোপ অমগুম্না হেক্তা মখনবা।

দেবশ্রী – কান্নদবদা ৱা যান্না ঙাংবগী ঐহাক্কী পাঙ্গল লৈতে। নহাক্না নোংমা, অঙাং অমদি নহাককগী শিজিন্নবগী শেল লৈত্রে হায়দনা চিঠি অমখক থারকখিবদুগী মতাংদা নঙোন্দা ৱা অমা হংগে খল্লমলিবনি।

রতিসনা – ঐহাকসু মদুগী মতাংদা মোই-পাবুংগা ৱা খরা ঙাংনগে খল্লমলিবনি, ঙসিদি তানবু যান্না চারে।

করিগীদমক্তনো মোই-পাবুংনা চিঠিবু ইবনে, করিনো ময়ামদুগী মমাংদা শেল থাখি মতাগুম তৌবিরক্লিবদুবো, শেলনগা লুপা লিশিং ১/২ মওইরমলগদি খরসু মফগদবা; খালি শুপ্পগী লুপা ৫০০/- খক অদুগীমক্তা আ-করি-করিনো পংহাইদা মহায়বা। অদুগা অমুক যশোদানসু চিঠি অমা-অমুক। নখোয় নচিল-নৌপ্পানা ঐহাকপু আ-ইপামদা লুকমাইদা হাপ্লগা য়োল্লে, ফজরে; নুংঙাইবে।

(শাওনা ঙাংবা)

দেবশ্রী – মখাদি ........... ?

রতিসনা – মখাদসু কোকথোং অমা ...........। করি থোকএ হায়দনা তৌবিরকলিবনো, তশেংনা হায়বা তারবদা ঐহাকসে শিখ্রে হায়না খনবিবম্বদা থোইনা কাইবা লৈতরে – কয়াদা ইকাইখরে নুমিৎ অদো; মাইসে থমফম লৈতবমখে।

দেবশ্রী – অতৈ মখাদি ?

রতিসনা – অচাকপা মৈদা ঘি হৈশিনবিগনু।

ইবেমহল– বাবা-বাবা, নোংমা নুমিৎ অমদসু ইমানা হায়খি।

দেবশ্রী – করি হায়না ?

ইবেমহল– য়ুম পানবা ঙমলোইদবা মহাক্নদি করিগী নুপী থীরমলিবা ?

রতিসনা – কয়াদা মচিন থীখ্রবা অঙাংনো-নে, নহাক মতোয়নরা ?

দেবশ্রী – অঙাংদি অশেংবা, অচুম্বতবু ঙাংজবনি; মহাক্কী অপাম্বা ৱাঙাংনা মহাক্কী লম্বীদা চৎচবা ঙমবনি। জগৎনা হায়নরিবনি – "অঙাংদি ঈশ্বরনি"।

রতিসনা – কনানোনে—আ—দা লাক্লিবসিনা-অমুক, ও-ও ! নচল-ইবেম্মা যশোদা, অদুগা খরা থাপল্লপ উরিবসিনা য়ে-য়ে ! মুহিন্দ্রো

নিদনসিদি ! কদোমদগীনো মখোয় অনিসিদি, য়ে ! অঙাংশিংসু য়াওরিনে সিদি।

**দেবশ্রী** — ঐহাক্লা হকচাং ঙমদে হায়বদুদা পাখত্তুনা লাক্লিবা ওইরিনি। য়েংঙোই, চা-নুংগী লৈদনা হা ?

**রতিসনা** — কদোমদগীনোনে মোই পাবুংনা তাকপীরিবসিবো, ইমুংসিদা চা লোন্দবা চহি ফাজিল্লক্লে, পীথক্লবসু য়াইদা; ঐখোয়-শ্বাইগী লমদাসিদবো। (য়াম্না উশিত্তবগী মওংদা.....)

**দেবশ্রী** — মসে নহাক্কী অদুগুম্বা লমকেৎ-লমহাইবা অমদি থোইচৎনবা য়াবা লম নত্তেকো রতি, মসি খংনা নহাক্লা য়ুম অসিদা লৈবা তাই।

নহাক্লা মতম অমদা অঙাংগা লোয়ননা আ-নপামদা থা ১/২ লৈখিবদা, ঐহাক নারকখি, মতমদুদা ঐহাক্কী অমত্তা ঙাইজবরী ইচলনুপী যশোদানা ডাক্তর কৌদুনা, হিদাক লাংথক লৈদুনা লায়েংখি; মদুদগী ঙসি ফাওবদা মথং-মথং ফরক্তনা ঙসিগী ফিভম অসি য়ৌরকলিবনি। করিগীনো নহাক্লা মী অমবু অদুকহস্থবা মিৎয়েংদা য়েংলিববু হা ? নহাকমুক পংবসিদি জগৎ অসিদা লৈরম্মোই খল্লিদা। হৌজিক্তি তশেংনা নহাক্তি মী নত্তে, শানি, ব্লারগা হৈনিংদবা, লৈনিংদবা, নুংঙাইরগা হরাওবগা, লৈজনিংবা; মী মখল অমনি। তাইবং অসে, অব্রা-নুংঙাই অনিগী মেলানি হায়বসে নহাক খংগদবনি। ঐহাক্লা 'ছুম তাগে হায়দনা তাবগী ব্লানি, হন্দক মরকসি নহাক নঙক য়াম্না কনখৎলক্লে; নঙক হায়গৎপগী মতিক্ ব্লাজাওসু য়াম্না ঙাংলে। মফম অসে নহাক্কী মপাম নত্তে, মদু খংবা তাই রতি; অপংবা মীদা লৌশিং তাকপসিদি উতোং অহোবদা ঈশিং শোকপগা চপ মান্নবনি। ঐঙোন্দা অর্থ লৈতবা ব্লা ওইহনগনু, ঙাংবদা চোকথরবা দেবশ্রীনি হায়বসে নহাক্ল মুন্না খংবা তাই।

**মুহিন্দ্রো** — ইবাইবুংঙো নশেন্না খুরুমজরি।

**দেবশ্রী** — আ-য়ারে য়ারে, অঙাংশিংদি ?

**মুহিন্দ্রো** — য়াওজরকই।

ইচেখোয়, অঙাংশিংদি লৈতবরা; উদেনা।

দেবশ্রী — লৈরম্বনি হৌজিক্তা।

হায় তারিবরা, ইবুংঙো মুহিন্দ্রো লাকইনে; চা-নুংগদো খরা ....।

রতিসনা — ইবুংঙো লেংঙকলি।

মুহিন্দ্রো — ইচে।

রতিসনা — ইমুংদা।

যশোদা — তামো খুরুমজরি।

দেবশ্রী — য়ারে-য়ারে। নফি-নরেলদো, আ-ইমুংদা ........।

— কম-কম তৌবা ইবুংঙো ?

মুহিন্দ্রো — ইবাইবুংঙোগী হকচাং ঙমদে-হায়বদু তাজবে, অমরোমদা ঐহাক্নসু পাক-হেক লাকপা ঙমদে। থবক্নগা আ-চীংদা লৈজরে হেড মষ্টর ওইনা।

দেবশ্রী — করি লমদনিনা ?

মুহিন্দ্রো — তমেংলোংদা ইবাইবুংঙো। মসিনা মসিগী ৱানি ইবাইবুংঙো। আ-অঙাংশিংনা মসিমগা হাযজরি।

দেবশ্রী — করি হায়রিবা ?

মুহিন্দ্রো — ইবাইবুংঙোনা হকচাং ঙমশিল্লক্তবসিদা মতম খরদংদদি ইবাইবুংঙোগী সেবা অসি পামজ মাল্লে, মসিদা নশেনসু, .......।

দেবশ্রী — ঐহাক্কীদমক্তা নখোয়না ৱাবসে করিনা লমল শিংগদবনো খংদ্রেদা মুহিন্দ্রো। হন্দক মরক অসিদা নবাইগী পুক্নিং অসি ইরাং-লাংঙি হায়ফম খংদে, তৌফম খংদে।

আ-নখোয়গী নচেখোয়সু লাকপপুদি থা হেল্লকলেদা, মসিদা .....।

মুহিন্দ্রো — হকচাংগীবুদি খরা ফবরক্নবনিনা। আ-অঙাংশিংনা খল্লিবা ৱাফমসিমদি ইবাইবুংঙোনদি ...... । নশেন খংজরে মসিনা মসিগী ৱানি ইবাইবুংঙো। ৱাফম অমনা — মমাংঙৈদা ইবাইবুংঙোনা ফোংবিগ্নবা লাইরিক "লাইবক্তা তন্নবা" হায়বদুগী কোপী খরা ঐখোয়গী

স্কুলগী-ওইনা লৌজখি, লোয়নননা অমরোমদা ঐহাক্সু "নহারোল সমিতি সভা" কৌবা সংস্থান অমদসু সেক্রেটরি ওইনা থবক পুজরি হৌজিকসি।

সংস্থান অসিগী চহিগী মীফমদা নহারোল খরনা ইবাইবুংঙোগী লাইরিকসি য়াম্না কন্না খন্ন-নৈনখি, মী ১০/২০ না শরুক য়াখি, লোয়শিন্নকপগী মতমদা ঐখোয়গী সংস্থানদুগী সভাপতিনা লাইরিকসিবু ইবিরিবা ইবাইবুংঙোদা মনা লুপা লিশিং ১০ গা, সার্টিফিকেট অমগা লোয়নননা উপাধি পীদুনা ইবাইবুংঙোবু ইকাই খুম্নখি। মদুগীসু ওইনা, নশেননা লাকচবনি।

দেবশ্রী — ইশেন্, ঈশ্বরনা তন্বা হায়দুনি।

যশোদা — তামোগী হকচাংদি কমদৌবি ?

দেবশ্রী — ইচলবেম্মগী মতেংদগী নবুংগী হকচাংসু নুংঙাইরে। লোয়নননা শেলগী মতেং অমসু ইশেননুপা মুহিন্দ্রোনা তম্মে—নবুং পেল্লে, নখোয়বু ফংজবসিদা, করিনা লম্মন শিংলুনি।

রতিসনা -- মোই পাবুংগী নহালগী লাইরিক অমা লোয়শিন্দবা অদু খবা থুনা লোয়শিনবিবো। ঐহাক্না নহাল নোংমা লাইরিক নন্বা খোৎপগী মতাংদা মনিস্নাগা ৱা-লান্ লোয়নরে। নত্তে, হৌজিকপু কয়াম্না ৱাৎলিবগে মোই পাবুং ?

দেবশ্রী — লাইরিক ইনিংবগী মতম তাঞ্জা অমা ইফং-ফংদ্রি নোংমা তাঞ্জা চাবা অমদা য়েংলগা অদুম য়ানিদা। য়েংঙোই রতি, ঙসিদিনে; য়াম্না নুংঙাইরবা পাও অমা ইবুংঙো মুহিন্দ্রোনা তন্নরিবা !

রতিসনা — করি ৱানিনা মোই পাবুং ?

দেবশ্রী — নহাক্না সম্পাদক ওইবা, ঐহাক্না ইখিবা লাইরিক — "লাইবক্তা তন্নবা" হায়বদো; মনা লুপা লিশিং ১০ গা সারটিফিকেট অমা ফংলে।

রতিসনা — কমদৌনা ?

সুহিন্দ্রো — 'ছুম তৌবনিদা ইচে। ঐহাক্সু য়াওজবা "নহারোল সমিতি সভা" .... হায়বা সংস্থান অমগী চহিগী মীফমদা ইবাইবুংঙোগী লাইরিক

অসি নৈনখি –, অদুদা সংস্থান অসিনা এৱার্ড অমা পীজবগী ৱানিদা ইচে।

**রতিসনা** – নুংঙাইজরেদা। হেক ফংবগা মীগী শেল অতোনবগসি লোয়না শিংদোকপা য়ারেদনসিদি। মোই পাবুং, শেলদুতদি হেক ফংবগা নয়া পৈশা অমা ফাওবা কাইথোক্তনা পীবিয়ুকো।

**দেবশ্রী** – পেম্মা নংসিদি শঙ্গোম চাদ্রিংঙৈদা হৌদোং হাৎলে-হায়বদো হেক নিংশিংলকইদা।

( ময়াম নোকই )

**যশোদা** – ময়ামসু য়াম্না নুংঙাইনরে, মতাং চারিঙৈদা ঐখোয় অমুক হঞ্জখ্রগে খুরুমজরি।

**মুহিন্দ্রো** – নশেন ভক্তি কৎচরি।

**দেবশ্রী** – য়ারেদা য়ারেদা।

**রতিসনা** – শেলদুতদি খরা থুবা পাম্মীদা, য়ারগদি ইবুংঙোনা হেক .....; মদুম তৌরগদি নচেনা পেনগদবসিদি .....। (নোকই)

**মুহিন্দ্রো** – ইচে-ইচে।

ঐখোয় য়ৌজখ্রগে।

**রতিসনা** – ইবুংঙো ইবুংঙো।

**Light Off**

## মরিশুবা শরুক্ ।

( মুহিন্দ্রো স্কুল চৎননবগী চাক্‌খুমদা চাক্ চারি, লোয়ননা যশোদা ................. । )

মুহিন্দ্রো – ওস্থোক্লা হাওখ্রেদা নহাক্কী ঙসিগী এনশাং'সে মসিদা খরাখিৎ হাওহনগে হায়রগদি বোরিসে থাওদা হায়ফেৎ ঙৌরগা তাহল্লন্নগদি পেন্মা, নখৎতু শোকপা য়ারমগদবনি; অদুবু ঙসিগীসিসু অদুম মহাওই।

যশোদা – তুমিন্না চাবসি ওস্থোক্লা পামজবনিবু।

মুহিন্দ্রো – তানিংলগা তাজসনু, হাওবু-হাওই হায়বা – য়েংঙোই, চাক্তো খরা হাপলো, অদুগা ঙা অতাঙবদুগা; আ-এনশাংসু খরদি হাপ্পা তাই যশোদা। (লেক-লেক্কুনা চাই।)

যশোদা – মসি ওইরগদি য়াবিরগদ্রা মাই তামো ?

মুহিন্দ্রো – উম, অমেৎপদো খিৎতং অমগা।

যশোদা – করি মতৌনোনে, ঙসিগীসিবো। নত্তে মহোয় তামো, মহাদেবগা উন্নবিরকপরা ঙসিসিবো ?

মুহিন্দ্রো – অঙাওবীসিবো, কদোমদগী মহাদেবনো নহালমখৈদি চাক্কসে জ্ঞান তানা চাবা ফংদবা। হন্দক মরক্কসি ব্রাখলগসি ওস্থোক্লা নুংঙাইখৎলকইদা যশো।

যশোদা – করম্বা অতোনবীগী ব্রাখলদা ... ?

মুহিন্দ্রো – অদুবু-র-ও, অহল অতোনবী-পুনবা অমখক্লা থোংবদো চাবদা ...., খংঙেদনা।

যশোদা – ওস্থোক্লসু ইকাইবা খংখিদ্রেদা। আ কান্নদেসে, কৈদৌবগীনো মহোয়-তামোনা ইনম্মদুগী মমাংদা লুপা লিশিং ১০ গী ব্রা পুশিল্লক্লিবদুবো কদোমদগীনো ?

মুহিন্দ্রো – মদুদি ইবাইবুংঙোনা হায়রক্খিবনিনা।

**যশোদা** — ইনম্মদো ইনম্মা মখল অমনে, ইবুংনা ফিভম অমা চাদবদুদা, য়ুমদুদা সেকেগু অমফাও, লৈনিংদবা মীনি; মপামদা হেক্তা মচৎখিবা। মপামদা তোয়না-তোয়না চৎপগীদমক অচৌবা লালজাও অমা ওইনরিবা।

**মুহিন্দ্রো** — চুম্মীনে, নুপীনা মপামদা তোয়না চৎপসি কয়াদি ফনা ঙাংনদে যশো; মখাদি ...... ?

**যশোদা** — মখাদি কোন্না তম্লগে, স্কুল চৎপদো থেংথ্রগনি; লেংখৎপীরো।

**মুহিন্দ্রো** — ঐহাক্কী কা-নুংদি কমদৌবা ?

**যশোদা** — থমজরম্মবনি, খরা পীকপা মতপ অদুনা ঐহাক্কীনি।

**মুহিন্দ্রো** — যশোদা-যশোদা !! (য়ান্না ঙক্লা)

**যশোদা** — কৈনো কনানোনে! ঙাইহাক্তা ঙাইবিবম্মু ঐহাক চাকখুমদা লৈরে। লাকচরগে লাকচরগে।

**মুহিন্দ্রো** — হায়! 'মদি ইচে রতিসনানে, চাক্কদো খরা খরা চামিন্নরো, ঐহাক্তি; চৎথ্রগে। মী অচংবগী ৱা ঙাংনবা হায়বসিদি।

**যশোদা** — তাখিনি হায়বা মতা অমনিনে।

+ + +    + + +

আ ইনম্মদি কদোমদগী, গোক হেক চংলক্লগা লোয়রবসিদা।

**রতিসনা** — আ-সিদা লাক্লিবা, ইবুংঙোদি .... ?

**যশোদা** — স্কুল চৎননবগী মফি-মরোল ....... কবি খন্নশিগে ইনম্মা ?

**রতিসনা** — শেলগীনিদা।

**যশোদা** — 'দুদি ইংনা কোন্না খন্নরশি। হাওবা হাওতবা চাক খর খরদদি চামিন্নরুখিসি, শোয়বুমগা ঙাক্লাগা থোংঙে, মহোয়-তামোদি হাওরুরবা মাল্লে ওম্বোক য়ান্নবু। (নোকই)

**মুহিন্দ্রো** — লেঙবিরক্লি ইচে।

**রতিসনা** — ইবুংঙো।

**মুহিন্দ্রো** — ইচে ঐহাক্তি স্কুল চৎপা থেংখরে, অৱাৎ-অপাদি অঙাংশিংগা তাথোক-তাশিন তৌবিরো; ঐহাক চৎলে ইচে।

রতিসনা — অতৈ অমগী লাকপা নত্তে-হায়বা শেলথুমগী মতাংদা নবাইবুংঙোনা থারকপনে, মদু নৎত্রগদি ঐহাকসু লাকলোইদবা .....।

মুহিন্দ্রো — মদুগী মরম ওইরগদি ইচে, যশোদাসু মরম পুম্না খংবনি।

রতিসনা — ওহোকপা লাইবক হায়বদুনি ঙসিগীসি !

যশোদা — লাইবক্তা তাইনবগী অর্থ লৈতে, ৱাসি য়াম্না মরৌ লৈদা।

রতিসনা — মরৌ লৈবা হায়বদি যশোদা ? তশেংনা ঐহাক শেল লৌবা লাকপা নত্তে, ৱা খরা ঙাংনগে হায়বগীনি।

যশোদা — মী তাখিনি ইনম্মা, শাওমল্লি। কাদা চংলসি, লৈকাইনা তাখ্রগদি ইকাইজে।

রতিসনা — ইবেম্মাখোয়দি শেল য়াম্না পাইবিনিনা নবুংগী লয়েংবদসু ....., অতৈ অতৈদসু ....।

শেল শিংজগে লাপনে, লিশিং কয়াদি পুথখরে যশোদা ?

যশোদা — মদোমদা চৎথখিবা তারগদি ইনম্মা ৱা য়াম্না কাইনরনি। মরমদো তমজগে।

চাওখ্রবা ইমুংদুদা কনা অমা লৈতনা ইবুং মথন্তা নাহেদুনা লৈরম্বা থেংনবম্মী, মতমদুদা ইনম্মাসু অঙাংগা লোয়ননা ইপামদা চংখিরম্মী, মীনাই মীশল অমা থেংনরমখিদে; অদুক ফিভম চাদ্রবা মওংদা লৈরম্বদুদা ঐহাক্না চুম্নগী ইবুংগী অনাবদুগীদা ডাক্তর কৌদুনা লায়েংবগী ৱাতনি। নত্তে, মসিবু সংসারসিদা চংনদবা অমদি হোৎনদবরনে ইনম্মা ?

হন্দক্কী মতাংসিদা ইনম্মাদি ....।

রতিসনা — নখোয় নবুংগীদমক্তা ঐহাক অমা লৈ হায়বসে নখোয়না কাওখ্রমাল্লে। নখোয়না হোৎনগে খল্লবদি মপুন্সি চুপ্পা হোৎনবিখরো; শেল খরা ফংগদৌরে খনবদগী নখোয় অনি চংদুনা লুপা লিশিং কয়াদি খরচ তৌখরে ?

হৌজিক্না ঐহাক উনরগা হেক্তা মচেনবা মসিরা নখোয়গী লোনচৎ-শাজৎ ?

যশোদা — লাল্লে-লাল্লে ! মদু নত্তে ইনম্মা। ঐহাকপুদি ইনম্মনা চৈবা ফুবা য়াই, অদুগা মহোয়-তামোদি অদুম্নদি ঙাংবিগনু, ইমুংসিনা খংগ্রগদি করি ওইবা তাবা ; মদু খরা অমদি ময়েংবিয়ু। ইনম্মাগী ৱাখল অদো খক ওইবা য়ারোই। অদুগা শেল থুমগী মতাংদদি মতম খরা লৈরগা ফংবগী ৱা ওইনা নোংমা তমখি।

## ফ্লাস্ বেক্ (Flash-Back)

মুহিন্দ্রো — যশোদা-যশোদা। (নুংঙাইনা, পাখৎনা কৌবা)

যশোদা — করিগীনো অদুক পাখৎপীরিবদি ?

মুহিন্দ্রো — ইবাইবুংঙোগী লাইরিক "লাইবক্তা তন্নবা" হায়বদুদনে ঐখোয়গী সংস্থান্না লুপা লিশিং ১০ গী মনা অমগা সাটিফিকেট অমা পীরে, ঙসিগী জেনেরেল মীটিংদা ৱারেপ তান্নবে।

যশোদা — নুংঙাইরেদা মহোয়-তামো। লাইরিক ইরগা য়াম্না ৱানা তাঞ্জবা শেলনি। কৈদৌঙেদদি ফংলনি, খরা থুনা পীবগী ৱাদি কমদৌবা ?

মুহিন্দ্রো — মথংগী মীফমদা পীনশি হায়না তানখিবগুম তৌখি, অদুবু খর-শিং ঙনখৎপা য়াবরা হায়না ময়েংগে যশোদা।

\+ + +       + + +

যশোদা — অশুম্বা মওং অমদি লৈখি। শেলফমদু য়েংলগা তামোবু লায়েংখিবা নত্তে ইনম্মা, লান্নদি খনবিগনু ইনম্মা।

রতিসনা — আ-মথংগী চহিদা মতারগদি ফংবগী ৱাদি লৈতে, মতম মাংননবা; করি কান্নদবদা।

যশোদা — মতম ঙাইবা তাবনি। মরাইবক থীরবা ইবুংসিগীদমক্তা তাইবংসিদা কনা লৈতবগুম ঐখোয়সু খল্লে, করিগী হায়রিবনো হায়বদা অৱাবা মতমদা মাগী মী লৈতে। নত্তে ইনম্মসু খঙ্দুনা অমুক্তা ময়েংবিয়ু, য়ুম অমদা মী অহুম লৈবদা অনিনা আদা লৈখরে, অমনা নংদি সিদগী হেন্না লেংবা য়াদে হায়বগী দণ্ডি পীশিল্লে।

য়ুম পানবা হায়বা অসে ইনম্মা, নুপা-নুপী অনিগী থোং নৎত্রনে ?

নুংঙাইরগা য়ুম পাল্লগে, য়ারগা হুন্দোকে; মসিমদি লাইনসু য়ারোই মীনসু য়ারোই ইনম্মা।

ইনম্মাদি, তশেংনা-হায়রগদি নুংঙাইবা ইমুংদা হৌরকপনি, অদুনা অৱাবা খাংনিংদে। তাইবংপাল অসে অৱা-নুংঙাই অনিগী চক্রনি হায়বসে ইনম্মদি খর-খিৎ-কাওখিবগুম তৌরে।

মপুরোইবগী নাক্তগী হেন্দোকখিদ্রবী সাবিত্রি করিগীদমক্তা তাইবংনা শিংথানরিবনো ? অঙাং ওইনা জ্ঞান তাকচবগী ইতিক লৈজদে ইনম্মদা। কনা নত্তে হায়বদগী য়াম্না চম্না নিংশিংজবনি ইনম্মা শাওবিগনু নচলনা হায়জরিবসে।

রতিসনা — ইচলদি জ্ঞান লৈবীনি, য়ুম্পানবা হৈবীনি, অদুবু নংগী নবুং ভুৎচুবা মানবসে নখোয়গী মমাং শঙ্গোইদরা কৈনো অমা তৌরগা গোক-হেক থমজিল্লো; অদুগা মাগী ফংগদৌরিবা শেলদুনা হেক থাকপীরোকো।

ঐদি ঙসিদগী অঙাংগা লোয়ননা আ-ইপামদা লৈখ্রগনি, তাকঅমদে হায়দনা পাউদম্না লাকপনি; ঐহাক চৎলে।

যশোদা — মদো ঐখোয়গীসিদা হায়ফম থোক্তে, নহাক্কী নয়ুমদা লৈহৌরিবা নপুবোইবা অদুদা হায়গদবনি। করিগীনো 'সিদা খৎনবা লাকপীরিববো ? য়ুমসিদগী মিকুপ অমত্তং ইখোংসি থাংদোক্লবগী মতম লৈজদে-য়ে, ঐখোয়দা মলোম থম্নগা নপামদা চৎখ্রগদি নিঙোল য়ুমগাইবী তাহনবিগে হায়দনা শিনবিরিববও ?

য়ুম পানদ্রিঙৈদা করিগী খম্বুবিহৌদ্রিবনো ? ইনম্মখোয়গীসিদি ৱাইখুনা মকুম থুরগা মপী চাথোকই হায়বদো হেক তাইদা। ওম্বোক্লা জ্ঞান তাজখিদ্রেদা, চাক্কসে হু তরেৎ হেক খাইদা।

রতিসনা — উকিল ওইদৌবা অমনা মসিদা অরেম্বদা লৈরিবসে ওম্বোক্লা পাম্মুবীদা।

যশোদা — ইকাইজে লৈকাই মমাংসিদা চিন্দা পাউদদনা খৎনবসে, খৱা ওম্না লেংবিবনা ফরনি। কদোমদগী পাইশিল্লক্লিবা মোংবনো,

হরি-হরিসিননে মং নুংঙাইতে-নুংঙাইতে খন্দুনা লৈরম্লিবসে, ইঃ ইঃ নংবু য়েংজবা নত্তে উতোন্ ৱাতোন্ য়েংজবনি।

রতিসনা – নুপা মফম চাদ্রগদি, অদুম লৈশাদনা লৈরম্বনবু হেন্না ফরম্বজাৎনিদা; লৈকাই লৈকায় ............।

যশোদা – থীদা অঙাওবীসিদি। মচিন হেক ফোইদৎলগা পেনগদবনিনেসে যশোদা ঐগী থমোইসিনা। কনা য়েংনা চাওরিনো, ইকাইজে লৈকায় মমাংসিদা।

**Light Off**

## মঙাশুবা শরুক্ ।

( রতিসনা মপামদা, লোয়ননা-মমা একাশিনি । )

একাশিনি— করিগীনো রতিসনা, নহাক্না 'সিদা হেক্ হেক য়াম্না তোয়না লৈরি'সে, ছুম য়েংবগী ৱানিকো, নহাক্কী লমচৎসে নমাদি পামদে নুপী হায়বসিদি মতম পুম্বদা মৱা মপুরোইবগী নাক্তগী হেন্দোক্কনু হায়নরিবনি, ৱারে নুংঙাইরে;মতমদু-তদা-তাইবংনা শোন্নগদবনি । নহাক্কী মওং অসিদি অহল লমলশিংগী চাং তাবগী ৱানি ।

য়েংঙোই, রতি, করিগুম্বা নবুং অসিনা থংলকখিবা থোক্লগদি নমাগী মাই খুগনি, নহাক্তি লাইরদনা ইশুনুপী ইবেমহলনা করি খল্লমগনি; নহাক মদু কাওখিবগুম তৌই । নমা, ৱা য়াম্না ঙাংবা তাহনগনু । ইমুংসিদা লৈরিবা ননম্মা অসি নোংমতা য়ুম অসি থাদোক্লুনা আ মপামদা লৈখিবা য়াওব্রবরা ? করিগীনো নহাক্না অদুক থোইরিদি ?

রতিসনা — মফমদুদা ঙাইহাক্তা লৈনিংদে ইমা । করিগীনো নখোয়না মফমদুদা থাজরম্লিবা ?

একাশিনি — ৱা মখা অমুক তারনু, তুরেলগী ঈচেল হঙৎপা চেনবা য়াবা নত্তে রতি । নুংঙাইবা-নুংঙাইতবা খুদিংমক খাংবা তাবনি । য়েংঙোই, নহাক অমনা মপামদা তোয়না চৎপা, তোয়না লৈবা তারগদি ঐখোয়গী নুপীগী সমাজদা অকাইবগী চৈথেং অমদি পী-কো রতিসনা; অমরোমদা নুপীশিংগী ফিদমনফম্ক ওইরবা গুণ অমসু মাংহল্লে নুপীমচা । নহাক্না চৎলিবা শাজৎ অদো ঐখোয়দদি হায়ফম খংদবা মওং অমা ওইরে, মসে ইচাবু নুংশিদনা নমা ঐহাক্না তাকপনি খল্লু ।

ঙসি নমানা তাক্লিবা অমদি হায়রিবা ঙম্নমকসে নহাক্না জ্ঞান তারগদি হায়ফম থোক্তবনি রতি । ঙসিদগী হৌনা নহাক, য়ুমসিদা হান্নগুম্না

তৌবা য়াদে, মখা তানা নমাবু ব্না ঙাংহনগনু; মৌ'সিগী মমাংদা ইকাইকো।

রতিসনা – করিনো ঐহাক্কী লাইবকসিবো ! চারুশি মরু, হন্দোকসি মতোং ...।

একাশিনি – তাজনিংদরে নহাক্কী চোইরোলশিংদো, নাকোংসে শিংজা য়ৈরে। অদুগনে মপাবুংনা মচানুপী ইবেমহলগী আশাদি য়াম্না চাওনা খল্লমলগনি, অদুগা নহাক্কী ব্নাখলদনা নশাগীতা মখনবা; মসুন্না লৈরগদি অঙাং অসিগী মপৃন্সি করি ওইবা তাবা ! কান্নদে নফি শেৎচিল্লু, ঙসিমক থীল্লনি ! নত্রগদি নপাবুং অমদি নবুংদা ব্নাবোল লোয়নমক তন্নগদবনি জ্ঞান্ তারেদনা। নমাবু ফত্তবা তাহল্লনু।

রতিসনা – চৎকনি ঐহাক শোয়দনা চৎকনি ইমা।

একাশিনি– ঐখোয়দা নরাল থৈজিনগনু, ইমানা হায়বদি – "নপুবোইবগী মফম'সে নুপীশিংগদি ভূ স্বর্গনি রতিসনা।

নমানা ঙসি হায়বিবসিদগী মথং অমুক হান্নগুম্না চৎশবক্লবদি নহাক্কীদমক থোঙ্গালসি মতম পুম্নগী লোল্লে খল্লগদবনি। ময়ুম পান্থ্রবী নুপী অমনা মপামদা য়াম্না ত্রোয়না লাকপগী মবন সনাজনা করি ঙাংনখিগনি হায়বসে নহাক্না করি অমত্তা খংজদ্রে, নহাক অঙাং অমসু নৎত্রে, নমিত্ত মচা উরবিনি; নচা-নশু শেমদুনা অরৈ-লৈতা তাথোক্-তাশিন্ তৌগেদি খন্দ্রদুনা নমাই পান্দবা তৌনু। ঙসিমক নমানা নহাকপু থীনবিরনি।

রতিসনা – ইমা

**Light Off**

# অরোইবা শরুক্ ।

## ( দেবশ্রী কম্না নারে, অদুবু মখুগী কলম্দি থাদোক্ত্রি, মরক-মরক্তা ব্রাম্ভ-ব্রাম্ভনা লোক খুই । )

**দেবশ্রী** – করম্বা মতমদা লোয়শিনবা ঙমগদগে "পুন্সিগী মৈরী" সে । হে ঈশ্বর ননাইগী অব্রাবসে কোকহনবিরোবা ।
(নাহে, লোক খুই ।)

ঐহাক্কী ঙসিগী অরোইবা মতম অসিদা ইনাক্তসু কনা অমত্তা লৈখিদ্রবকো ! করম্না য়ুম অসিবু থাদোক্তনা চৎলগদবা ! মতম অমদা মীনাই মীশলনা থল্লম্লবা, ঙসিদি ঙম্না ইচিক শুন্নখ্রবকো !

ইচানুপী অমখক্তা পোকচবী ইবেমহলসু মমাগী – শরৈদা ইনাক্তা লৈখিদ্রবকো; কবম্না মখোয়বু উন্নদনা চৎপা তারবকো ! মপোক থীখ্রবা দেবশ্রী ঐহাক্কী পুন্সি'সে !!

**রতিসনা** – ঐখোয় লৈজেয়ে, মোই পাবুং ।

**দেবশ্রী** – হে ঈশ্বব, হে প্রভূ; ননাইগী অব্রাবা অসে কোকহনবিরোবা !

**ইবেমহল**– কৈনো বাবা ?

**দেবশ্রী** – নুপীমচা ।

**ইবেমহল**– বাবা ।

**দেবশ্রী** – (ফক্লাংদগী ঙাল্লকপা অপিকপা মঙাল অমা-উবদা ।)

চুম্মী, মঙাল অসিমকনি ঐহাক্না পুন্সিগী ওইনা থীরিবসি, ঙসিদি ঐহাক্কী অরোইবা মিকুপসিদা মহাক অসে অমুক উররে, মহাকসি তশেংনা ঈশ্বরনা পীনবিরক্লবা শেংলবা মঙাল অমনি । .....
(কপই) । অদুগা ঐহাক্কী "পুন্সি মৈরি" দি অরেম্বদা তাহৌরবা !
হে কলম্, নহাক্কা কাইনবা তারবকো !!

ঐহাক্কী অরোইবা মতম অসিদা করি হায়নবু ইরশিগেনে !

(লোক খুই তোয়না ।)

কনা-কনা লৈবগে, ঈশিং-ঈশিং ...। উম, চুম্মী, মখোয়ল্লোয়না লৈখিদ্রবনি ... ! লায়রবা হায়বা নহাক্লা ঐহাকসিবু য়োংশিনবদগী ঐহাক্কী নুপীনফাও' তুকৎচরে, হঙ্গোইরে, ইনাক্তা জীব অমা ফাও' লৈনিংদরে; মসে কনাগী লাইবক্তা থোকপা নত্তে ....।

লৈহৌরোকো কলম্, লাইরিক, ঙসিদগী মতম কক্কনা ঐখোয় ঙম্না কাইনবা তারবা; ঐখোয় শিবা তারবকো !

(লোক খুই। তাঙ্গাসিদা যশোদা অমদি মুহিন্দ্রো চংলকই।)

**যশোদা** — করি মতৌনোসিদি তামো !!

**মুহিন্দ্রো** — ইবাইবুংঙো, নশেন্ লাকচরে; খুরুম্জরি।

**দেবশ্রী** — অং, লা-ক্ল-র-বা। (য়াম্না তপ্পা হায়বা)

**যশোদা** — ঐহাক্লা তামোদা পাও অমা তমগে লাকপসিদি, ঐহাকপু মংলা-তাইবংলনে ! নচলনুপী যশোদানা হায়জবসে তামো ....। (কপই)

নচলগী অমত্তা ঙাইজরবা তাইবংনা শকখংনরবা কবি দেবশ্রী, নচলগী চংজফমদি তামো ...... (কপই)

**মুহিন্দ্রো** — ইবাইবুংঙোগী শেলদি নশেননা চোক ওইনা সার্টিফিকেটকা লোয়ননা, 'সি অমুক্তা লৌশিনবিগনি।

**দেবশ্রী** — কদায় ! কদায় !!

ইচাবেম্মা ইবেমহল, নমাদি হা ?

**যশোদা** — তামো, করি তাকপীগদবা ?

**দেবশ্রী** — রাজপ্রবী ননম্মনিকো যশোদা, মপূন্সিদা মনিং থুংহনবা ঙমখিদ্রবা নবুং ঐহাক্লা ...... (লোক খুই ...)

**যশোদা** — তামো, লান্না খনবিরুরনুদা।

**ইবেমহল**— পাবুং পাবুং নহাক ... ! (কপই)

**দেবশ্রী** — করিগী কপলিবা অপংবীসিদি, অদুম্না কপ্পা পকচদে ইচাসিদি; নমাদি হা ?

**রতিসনা** — লৈজৈ মোই-পাবুং, করি মতৌনোসিবো .... ! (কপই)

**দেবশ্রী** – ইচলনুপী যশোদা অমদি ইশেননুপা মুহিন্দ্রোনা চ্যেক ওইনা লুপা লিশিং ১০ গা সার্টিফিকেট অমগা হৌজিক্তা পীররে, মসে নখোয় নমা নচাগীনিকো; অব্রাবদা খাংবা হৈজদ্রবী নহাক্কী লম্বীদা খরগী মতেংদি মওইরগনি সে-সে লৌশিল্লু-সে।

( লৈখিদবা .... ।)

**ময়াম** – (কপই।)

**ইবেমহল**– পাবুং-পাবুং, নচাদি কনাদা শিন্নরম্মী। (হিক-হিক কপই)

## লোয়রবা

## Light Off

# খাইনবা

## ( সোর্ট প্লে )

কলাকারশিং —

১। তোম্বী দেবী — মমা

২। লতাসনা দেবী — মমৌনুপী

৩। ইবোহল সিংহ — মচানুপা

৪। সনাহল সিংহ — লতাসনাগী মপা, অসিনচিংবা।

# খাইনবা

## ( সোর্ট প্লে )

### অহানবা শরুক ।

**( ইবোহলগী মমা তোম্বী মাঙোলদা ফম্নদুনা হিদাক প্রোক-প্রোক থক্লি । )**

তোম্বী — নুপামচা-নুপামচা, নখোয়বু কৈদৌরবগে, নুমিৎনা আ-কদায়-কদায় য়ৌরে, 'সিফাওবদা ফমুংদগী হেনদোক্ত্রি । করম তৌরিনোসিবো । তারিবর-ও ?

লতাসনা — হৌগৎখরে ইমা, হৌগৎখরে ।

তোম্বী — লাওনে, ব্রা হায়গে নখোয়বো ।

লতাসনা — কবি তাকপীগদবা ?

তোম্বী — নখোয়না নহালব্রাই লিংখৎখিবা "মরুপ্ত" লোইগদবদি কয়াম্না ব্রাৎলিবা, মদুগী মরমদনে ঐহাক্না হায়রি'সে ।

ঐহাক্না 'ছুম তাবদা, "মরুপ" লোইরমদাইসিদা ঐখোয়দগা বদনাম চাহনবা য়াবা নত্তেকো, মসি খংনা নখোয়না শিনগদবনি । লৈকাইসিদা কানা-কানি নিংফুং-নিফুং থরদি মন্ডাংনরে অন্ডাংশা । ছুক কুইরবসি, ইমুংসিদা নাখোং শাবগী ব্রাসি অমুক্তা তারক্রিকো ইমুং মহি লাংহনগনু । চিনগনবী মনেমবোক তাহনগনু—"নহানা মাইবা শারগা মং য়ৌই" হায়বা পাওরৌ লৈবনি ।

ইবোহলদি হা ?

লতাসনা — হকচাং ঙমদে হায়দনা .... । আ-আবোক "মরুপ" কী মতাংদুবুদি মাই তামোগা তানরগা হোৎনখিবা হায়বদুনি ।

তোম্বী — হোয়নে । মাগী ট্রেনিং অমা চৎকনি হায়বদুনা কয়াম্না ব্রাৎলিবা ? ব্রা-লান-খরা ঙাংনগদবসু মতম অমা ইচা — হেক চানদবা ।

**লতাসনা** – ট্রেনিং চৎপদুগীদি থা অমা ফারক্রুমাল্লে আবোক।

তোম্বী – য়েংঙোই, মানা হোরেল ওফিস কাদ্রিঙৈদা ঐহাক্কা উন্নদবা য়াদে হায়না তম্মুকো লতা। ঐহাক, মতম খরা ওল্লিঙৈসিদা নং-তাদা চাওবদো অমুক্তা উন্নরুখিগে। ঐহাক্কা হায়রম্বদো নহাক কাওগনুকো নুপীমচা।

**লতাসনা** – আবোক। কমনো তৌগদৌরিবসিবো! কদোমদগী থোক্লক্লিবা ৱাফম্লো, ওম্বোক্কা লুখরেদা লতাসনা ঐগী পোফমসে!

হো তাবিরিবর-ও মাই-তামো, নুমিৎনা আ কদায়-কদায় য়ৌখরে-এ, লেংখৎপীরো; ৱা-খরা তানশে-হায়বা।

**ইবোহল** – নত্তে লতা, নোং-ঙাম্বতা মঙাইরি, পুংদি কয়া তাখরে?

**লতাসনা** – পুংগী ৱাদি ৭ হেল্লকএ। য়েংঙোই, মাই-তামোনা ওফিস কাদ্রিঙৈদা আবোক্কা উনদবা য়াদে হায়রম্মী, অদুগা মরুপকী মতাংদসু .....! মরুপকী হেক পল্লকপদা হুমাং অনপ্পী হেক্তা কাই, কোক্কসে বং লাওই, করি করম তৌসি হায়বগে? ঙসি নোংমা নিনিদি খরদুম ফখিনি, অমরোমদা মাই-তামোসু আদা ট্রেনিং অমুক চৎখিগদৌরি মসিদা ঐহাক্কা তৌহৌগদৌবিবসে!

**ইবোহল** – ঐহাক্কা নহালনা হায়দ্রো-ও করিগীদমক্তা নহাক্কা মীগী দায়িত্ব লৌরুরিবা? মরুপকী মতাংদদি ঐহাকপু য়াওহনবিগনু, নশানা থাকচবা লাংদা নশানা থুজবা তাবনি। মসি থোক্লক্কনি হায়বসে ঐহাক্তি খংবা কুইরবনি, হেক হায়র নপামদা; ঐহাক্কী ফননবা লম্বী অমত্তা নহাক্কা শিন্দে। ঐহাক ৱা য়াম্না তানিংদে। ইমানদি ঐহাকসিবু করিনি হায়না খল্লম্মানি, নহাক্তি মদুসু খংবিপোৎ নত্তে।

করিগীনো নহাক্কা ইমুংগী মী অমতা খংহনদনা নহাক্কী কুশি-রাশিদা চৎলিববো? নত্তে, ঐবুদি লায়থোকখ্রোনে, ঐখোয়গী ইমুংসিদা ইমা অমা চাওথোক চাওনা লৈরি হায়বা, –ইমাতসু খংহল্লম্মু, নতৌদু য়েংনিংদে, লতা, ঐঙোন্দা পাওহোম্বীরনু, মদুগী ৱাদুদি আ-নখোয়গী নপামদা; জ্ঞান তারেদনা।

**লতাসনা** – মৱা-মনিল নাইদ্রিঙৈদা ঐহাক্কা ঙম্নবা কদোমদগী খংদে, হোৎনজপ্রগে হায়বা..... ।

**ইবোহল** — ঐহাক ঙসি ৱা অমা হংগে, অসুক কুইরবসি নহাক্কী তলবকী মতাংদা, নোংমতা করিমত্তা ঙাংদবনি; অমদি হংদবনি।

তলবকী শেলফমশিং অদুনা নহাক্না কৈদা নমশিনখ্রিবা ? নোংমতা নশানা খংনা পুথোক্লকপগী ৱাসু লৈতে। নত্তে নহাক ঐহাক পুন্না য়ুমপানমিন্নরিবসিবো চহিদি ৮/৯ লোম মশুরন্ননি হায়বা। কনাদা খুদোল তৌথোকখরে হায়বা ?

মসি য়ৌশিল্লক্লবদি ঐহাক্তি জ্ঞান্ তাশিল্লক্করে লতাসনা।

**লতাসনা** — চুম্মী মাই-তামো। হায়নরিঙৈদা আবোকসু লাক্লে, শোয়দনা ঙাংলরনিসে। ঐহাকসু চাকখুম চংননবা হোৎনরুরগে, মাই-তামো খরা ফননবা-কো ...।

**ইবোহল** — (খৌদেন্নগা)

ঈশিংগদো খরা থনম্মু, ঐহাক থেংখরে।

**লতাসনা** — থমজরম্মগে।

**ইবোহল** — ওম্ভোকপা দশানিদা ইবোহল ঐহাকসে, ঐহাক্না য়ুমসিদা ছুম লৈরগসু খরদি মফগদবা, মদুমসু নৎত্রে, ট্রেনিং তোক্লে, ঐহাক্কী মাংজবনি; খুনু মখোংদা শম লৌবা হায়বদু হেক তাইদা।

**তোম্বী** — নুপামচা, ইবোহল।

**ইবোহল** — ইমা।

**তোম্বী** — করিনো নখোয়না চৎলিবা লোনচৎ অসিবো হা ? ইমা পেন্দে, ননাবু উশিংথওইদবগী ৱানিনে। নংগী ইবেম্মা ৱানিনা শান্নরিবা লিলাশিংসিবো নমাদি মিৎসে নাবনা লোয়রে নুপামচা। নত্তে, নহাকসু অমুক্তা, খম্ভদুনা ময়েংঙু, নহাক্কী তলব, মহাক্কী তলব; কৈদা চৎখ্রবা ? কবি ইনশাং চাবদা নমশিনখ্রবা ? মাগী লোনচৎ শাজৎ অসিদি নমাদি কয়া পামদে। ৱাফম অসি নঙোন্দা হায়গে নিংবা কুইরবনে, মতম অমা ফংদবগী ৱানি। আ-মপামলোমদগীদি হাপতা কাংদে, ঐখোয়গী ইপলনা পোকপা, অঙাংনি, ইপুৱানি, খুড়াগী মচানি, 'সিনা পাবুংনি; মসি ঙাকনি মাগী লীলাসে। উচি চাকহোন্দা য়ুমসে পানগদবা মান্দে নুপামচা, মতম অমদা

ইমা-ইচাদা য়াম্না চিক্না নুংঙাইনা পানবদো লাক্লরোইদবনি।
"তুরেলগী ঈচেল হঙ্গৎনা চেন্দবনি" কো নুপামচা, নহাক জ্ঞান তাও-কো।

**ইবোহল** – চুম্মী ইমা। ইমানা তাকপীবা লোয়নমক নচাসু খংজৈ। মতম অমদা নচানা হায়জখিবদুনি ইমা। মসে "খোংলগা খংঙি" হায়বদুদা হেক তাই। লোন্না কয়া হায়, ফোংনা কয়া হায়, মখোয় আগী লোনচৎ থাদোক্তি; য়াখিরোই ইমা। মসিদা ঐহাক্না খায়ন-খোৎনবগী থবক হেক চৎথবদা ইমাখোয়না হায়নশিংনরকপনিকো খল্লুবদা ঐহাকসে নুং অনিগী মরক্তা হা তারবা!

**তোম্বী** – হায়য়ু কাইদে ইচা'সিদি।

**ইবোহল** – চিনসিনা পনগদবা ফাওবা।

**তোম্বী** – হেক্তা হায়য়ু ইচাশিদি।

**ইবোহল** – ঐখোয়গীদা লিংবা "মরুপ" সিগী শেলফম লুপা লিশিং খরদি মপামদা পীখিরমলে ইমা। মতাংসিদা নচানা খঞ্জরম্বদি ইমাগা তানরগা পীখিবোই নিংলুই; অদুগদি ... !

**তোম্বী** – কদাইদগী ব্রানোনে নুপামচা ইবোহল নংবো ? তশেংনা ইমা খংদেকো, মদুম্না তৌরগদি মাগী মশকসি .... । ঐহাক্তি, নহাক্না য়ানদনা পীখিবোই মনিংলুরি। নত্তে, হৌজিকপু মানা করি হায়রি হায়বা ?

**ইবোহল** – ঐহাক্না ঙমনি 'সিনি ইমা। মখোয় আ-গী ফিভমশিংদু মিৎ হেক উইশিনবদা লোইননা খংবনিনা করিমত্তা কান্নরোই ইমা "নুংদা ঈশিং চাইবা" তাগনি। থোক্লহৌগদৌরিবা ইরাংসি ঐহাক্না আ-ট্রেনিং চৎখিবা মতম অদুব্রাইদা তারি, ঐহাক জ্ঞান তাদে ইমা।

**তোম্বী** – নহাক্কী চৎকদবনা কয়াম ব্রাৎলিবা ?

**ইবোহল** – ঙসি হাপ্তা অমা ব্রাৎলি।

**তোম্বী** – নহাক্না আ-দা ট্রেনিং চৎকনি হায়বদুদি তারে, নোংমত্তা তান চানা ব্রারি ব্রাতাই শাবগী মতমসু মফংদে, ঐহাক্না মরোল অমা, নহাক্না মরোল অমা; শংবা কৌবা লৈনদে। ইমাননে ঙসি

হায়রিবসিনি মাসে মমাংঙৈগী লতাসনা নৎত্রবনিকো, অদুগা নখোয়নসু নুপানি হায়দুনা অতো অরেমদা লৈখরে। মহাক্না চৎলিবসি নখোয়না নোংমতসু য়েংশিনদে। কান্নরোই নুপামচা, নশা নহা ওইরিঙৈদা নংগী ফননবা মফম অমা য়েংজহৌ। ব্রা গুংবদনা ঐঙোন্দা অমা, নঙোন্দনা অমা, লৈকাইদা অমা; লৈতোন্দা শরু পান্দো মতাগুম্।

চহি ৭/৮ মহায়শিল্লক্লে, ইমিৎসিদা ইশু অমা ফাওবা উশিল্লক্তরে, ধারা মুৎপা পামদে নুপামচা। মছুম্না অছুম লৈগে খল্লগদি নমাদি তোঙান্ চাজখ্রগে, তশেংবনি।

**ইবোহল** – ইস! ব্রাসিদি !!

**তোম্বী** – লৈকাই মমাংসিদা নমাবু ফত্তবী তাহনগনু নুপামচা। মতম অমদা মাবু ঐনা ইখুৎ চন্না ব্রারক্লম্বনি অদুবু ঙসিদি ...... । ইমা খাংবা ঙমদবে। নশা নহা ওইরিঙৈদা ..., পীগে-পীগে হায়বা কোকথোং অমা লৈ।

**ইবোহল** – ইমাগী ব্রা অসিদি আ-য়ৌরবকো !

থা ৪ গী মতুংদা।

(খৌদেন্দ্রদুনা লতাসনাগী মপাবুং সনাহল চংলকই।)

**সনাহল** – নুপীমচা, লতাসনা; নহাকপু তারিবর-ও-? পাবুং লাকএ।

**লতাসনা** – পাবুং খুরুমজরি খুদা-দা লেংশিনবিয়ু।

**সনাহল** – য়ারেদা য়ারেদা ইচাসিদি ..... । আ-ইবুংঙোবু আদা ট্রেনিং চৎলনি হায়দনা নমানা নোংম্না তমখি।

**লতাসনা** – চৎখরে। থা ৩/৪ রোম হায়বক্লে।

**সনাহল** – আবোক ইবেম্মদি কদোম লেংথোকখি, উদেনা ?

**লতাসনা** – মাই তামোনা মীঙোন্দগী শেল খরা লৌশিল্লম্মু হায়দনা মদুগী চৎখিমাল্লে পাবুং।

**সনাহল** – নোংমতসু লাক্তনা উন্নহৌদবসি নখোয় আবোক ইবেম্মগী মাংদা চংশি হেক শীদা নুপীমচা। নত্তে, মাগী ট্রেনিংদি কয়াম কুইগদৌরিবা ?

**লতাসনা** – থা ৬ লোমদা ঙাইরমাল্লে। হন্দক্কীসিমা লোয়শিল্লগদি মাই-তামোসু মফম অমা চাওখৎলনি পাবুং। মসিনা মসিগী ওইরে পাবুং। ঐহাক মফম অসিদা লৈবদা নুংঙাইবগী আশা লৈররোই, পাবুং।

**সনাহল** – করিগীনো ?

**লতাসনা** – ঐখোয় আবোক ইবেম্মগা, মাই তামোগা নহাল নোংমা য়াম্না খৎনখি, করি করিনো য়াম্না ঙাংনখি মদুদা ঐহাক্না হায়ফেৎ তাহৌববু মমিত্তা মচা মশু উদবসিগীনে, অমনা পাবুংখোয়না শিজিন্নখিবা শেলদুগীনে; পাবুং ব্রাখলসে য়াম্না নুংঙাইতে ঐহাক হিংবা পামশিল্লক্তরে।

**সনাহল** – মদুগী ওইবেকো অপংবীসিদি নপা লৈরিসিদি। তশেংবদি ঙসিসি নঙোন্দা ব্রা অমা তমগে লাকপনি।

**লতাসনা** – করি ব্রা ?

**সনাহল** – য়েংঙোই, নহালদো নংগী শেলদো পীবা ময়ারবনি, অদুদা নৌপ্পাগীনি হায়দুনা শেলফম অদো শিজিন্নখরে, ঙাইবগী ঙাইবা মতম খরতদি ঙাইখো হায়বা লাকপনে; শাওবা য়াদে লতাসনা। মসিগীদমক নমা চৎলু হায়বনি, অদুদা নমানসু হোয়-হোয় হায়রগা অদুম লৈথোক্লে; মসিনিসে ঐখোয়গীদা থোক্লিবা ব্রাফম 'সে।

**লতাসনা** – পাবুং নচাদি লৈকাই মমাংদা নুংঙাই-য়াইফশিংদা চল্লি, অদুগা থম্মোইদদি মৈখুথোক্তনা ওমচাক্লরে। ঐহাক তলব পামদরে, মীয়ামলক্তা তিন্ননিংদরে; করিনো খংদে ঐগী পূন্সিসে খল্লুবদা মমল লৈত্রবা পূন্সি অমগা চপ মান্নখরে পাবুং। চৎলমদাই মতমদসু মাই-তামোনা ঐহাকসিবু লান্না খল্লম্লনি "ইমুংদা খাবৈ শারা শাবী" হায়না।

**সনাহল** – কান্নদে নুপীমচা, নহাক্না লৈবদা নুংঙাইরোইদবগী মওং অমা উরগদি নংগী তুংগী, পূন্সিদা নুংঙাইনবা শেমহৌ, নপাবুংনা লাক্লিঙৈদা নহাক্লবু নথমোই শেংনা খল্লগদি; ঐহাক্না লাক্লিঙৈসিদা সনা, লুপা, লিক-কোল খরা পাইবিখরগেদনা। মসে ঐহাক্লনে নংগী মহুম থুগাইবা নত্তে লতা, মীওং য়েংনা মী তিন্নগদবনি।

অদুগা ৱাফম অমনা, লৈবদা নুংঙাইরোইদবা লৈরগদি নপানা লাক্লিংঙেদা।

**লতাসনা** – পাবুং মদু পুন্না লোয়না খংজে নচাসু। মাই তামোগী ৱা অমা তাদ্রগদি ....।

**সনাহল** – 'চুম্বদি, য়াম্না চুন্নবা ৱাফমনি। অমা খংদে অমা খংদে, ঙসিসিদি লুপা ৫০০/- দংদদি পীদবা য়াদরে। শিবা য়াবা দশা অমা থোক্তননে ঐহাকসে লতা, খল্লুবদা জ্ঞান তাদে।

**লতাসনা** – ঐহাক্কীদি তলবসু ফংদ্রি, কৈদগী পৈশানো ? পাবুংনা শিজিন্নবা য়াদ্রগদি নচাগী লিকসি ওইনা পুবিখবো।

– (য়ে-য়ে আবোক লাকএ, উখিনি।)

**সনাহল** – অদো ....., নংগী ......, নবুংঙোগী ....।

**তোম্বী** – ইবুংঙো লেংবিরক্লি। অঙাংশা, চা-নুংদি কম-কম তৌরে ?

**সনাহল** – লোয়নমক য়াজবে।

**তোম্বী** -- কদোমদা লেংবিকবা ?

**সনাহল** – আ-ছুন ......।

**তোম্বী** – ঙসিদি ইবুংঙো লেংবিরকপা য়াম্না তান অমা চারে। ঐহাক্সু অমুক্তা পুন্না ৱারি শানিংলম্লিবনি, মসিগী ৱাফম অসি কুইরবনি।

**সনাহল** – তাকপীশি ?

**তোম্বী** – ইচানুপী লতাসনা অসি ঙসি তান চারিংঙেদা ....।

**সনাহল** – তাপীরিবদুবো ..... !

**তোম্বী** – শন্না হায়রবদা পুবিখিবনা হেন্না।

**সনাহল** – ইস ! ইখোং থোংনা মং থীবা লাক্লবকো ! তাকপীরিবসিবো ইচানুপী পুরো শিনিনে !

**তোম্বী** – ঊম, মদুমকনি।

**সনাহল** – খুৎ চন্না ৱারকপীগেদি হায়রিদ্রগা করিগীদমক্তা অদুগুম্বা ৱাহৈ তাকপীবা ?

তোম্বী — ইবুংঙো সনাহল, মখা অমুক তারনু। ময়েক শেংবা পান্নগদি হায়জগে, মুন্না তাবিয়ু, আ মরুপকী শেলদগী লুপা লিশিং কয়া অমা মপামদা থৈখিবা, লৈকাইদনা ঐহাকসিবু মরোল অমা য়োল্লিবা, ইমুংদনা অমা, চহি ৭/৮ হেল্লক্লবসিদা ....; পন্দুনা কান্নদে। ইচা নহা ওইরি, ধারা মুৎপা য়ারোই। হৌজিক্কী মতমসিদবু পীগে হায়বা লৈশাবীনা কোকথোং অমা।

সনাহল — লোয়না খংজরে, মরৌ লৈবা ঝাঙাংনি ঙসিগীসি নুপীমচা। তাও লতাসনা, পাবুং ঝা হায়গে "ইথক্তা ঝা ঙাংবা য়াবা মীদি নত্তে হায়বা"। অদুগা ইচাগী মতু নাম্মা তেকপা য়াবা অমসু নত্তে। ঐহাক্না খংলমদবগী ঝানি। মফম অসিদি নোরোক্কী মফম অমা ওইরম্লেদন'সিদি ! মখা তারনু লতাসনা, 'তুং ইল্লক্লো; মদুনা নহাক্কী অফবা ওইরনি।

লতাসনা — পাবুং লোয়নমকসে নচাগী ইরাল ঙাক্তনি। মাই তামোদদি লাকপা ঙাইজখিগে। নহাল মখৈ নোবোক কোমদা তাদ্রিঙৈদা পাবুংখোয়না করিগী খংবিদ্রিবনো ? মফম অসে নচাগীদি নোরোক্কী কোম নত্তে, ভূ স্বর্গনিনে পাবুং; ভূ স্বর্গ।

তোম্বী — হৌজিক মদু তানবগী মতম নৎত্রে। নংগী নপামদা থৈদুনা থমখ্রিবা লুপা লিশিং ১০ অদো, নঙোন্দা পীরবনি লতা। মদুনা নহাক্কী অহল-লমলশিং থাক্তুনা নুংঙাইনা লৈরুবনা ফরে। মখা অমুক তাজনিংদরে।

লতাসনা — আবোক-বেম্মা !

সনাহল — লতাসনা নপাবুং খাংবা ঙম্লক্তরে, ব্রজ লিশিং তাবনা হেন্না ফরে। করিগীদমক্তা মফমসিদা 'সি য়ৌনা নংনা খাংদুনা লৈরম্লি; খনবদা মম্মী লতাসনা। ঙসি ঙাংনরিবা লোলশিংদা নহাক্না মফমসিদা থনম্লগা ইখোং অসি থাংদোক্তুনা চৎপা নং পাবুংনা ঙমলোইদৌরে, মরমসিনা নহাক অমুক পম্বা তৌদনা ঐহাক্কী মাংদা চৎলসি লাও; নফি হোংলুরো লতা।

নুপীমচা লান্দ্রগতা লোয়রে, ঈশ্বর লৈরি।

**Light Off**

# অরোইবা শরুক।

## ( ইবোহলগী ট্রেনিং লোয়রগা য়ুমদা হল্লকপা। )

ইবোহল — ইম্ফালদি য়ৌরে, হোরেল য়ুম চংখিবদা করি করি লৈরকই হায়না হংলদি করি খুম্বা তাবা। মদু ওইরগদি মাগীনা হেন্দ বেগ অমা লৈবিরবা, ফুরিৎ অমগসু, ইমাগীনা হৈনৌ অমুনবদো কিলো ২/৩ লৈরবা, মদু ওইরদি য়ারেদা।

+ + + + + +

বিস্নো-রিস্নো, য়াইস্কুল ফাওবদং চৎশি।

লতা-লতা মম্বনসু লোযরে, থার্ডমৈ অমত্তং পুথোক্লকউনে। তারিব-ও নংবো, কবিনোনে মতমসু 'সুক ঙল্লিবসিদা। করিগীনো ঙম্না তুল্লিববো হা ?

তোম্বী — নুপা মচা নহাক লাক্লবোইরে।

ইবোহল — ইমা।

তোম্বী — ইমা পায়বিগে লাকও-লাকও।

ইবোহল — ইমা লতাসনাদি ? ওম্থোক্লা ঙন্নসু তুমখ্রেদা মাবো নুমিৎসি পংথেংথেংবসু নৎত্রি হায়বা।

তোম্বী — চংঙসি লাকও ইমুংদা নিপামচা।

ইবোহল — লতা-লতা। ইমা লতাদি লৈতেনো ! করিগীনো ইমুংসিনা মরোল অমা উফুল ঙাক্তা, চাইবনা খুজেং য়ৌখরে। নত্তে ইমা, ঐহাক জ্ঞান্ অমা তাদরে হায়বা !

তোম্বী — নুপামচা নহাক জ্ঞান তাও। ইমা হায়গে নহাক্না ট্রেনিং হেক চংখিবগা থা ২/৩ রোম হায়রকপগী অদুৱাইদা নোংমা মপা লাকখি, সনা, লিক কোল থৈগে হোৎনরম্বদগী ঐহাক্না ফাবদগী মপাগা লোয়ননা অদুম মপামদা চংখরে। ফনা খাম্মী, লতানা য়াখিদে, মতমদুদা ঐহাক্না হায়খি "নহাকপু মবুংঙো 'দুতদি লাকপা

ঙাইখো। য়াবা-লৈতে। য়েংঙোই, কাইনথংদা ঐহাকসু উপায় লৈখিদে। ঐহাক্কী ৰাগা অমত্তা তাদনা মপাগা অদুম চৎখরে।

**ইবোহল** – লতা ময়ুমদা চৎখ্রবকো ! মসিরা মীওইবগী লীলাসিবো ! কাইনবা, খাইনবা, কনাগী থম্মোইদদি অপেনবনি, কনাগী থম্মোইদনা খাংঙমদবা মৈচাক ! মসিগী চৈনা অসিদা ইবোহল ঐহাকসু পঙ্খুংফম খংদনা চেঙ্খিবা তারবকো !

## লোয়রবা

## Light Off

# সমাজগী খুৎশেম

## ( ড্রামা )

কলাকারশিং —

১। মনি সিংহ — মালাগী নুপা

২। তোমচা সিংহ — বেঙ্ক মেনেজর

৩। চন্দ্রো সিংহ — মনিগী মশেন্ নুপা

৪। মালা দেবী — মনিগী মচে

৫। মমা, অসিনচিংবা।

# সমাজগী খুৎশেম

## ( ড্রামা )

### অহানবা শরুক ।

( কা অমদা মনি অমদি মালা ... । )

মালা – মাই তামো, ঐখোয়গী অঙাংদুগী খল্লুবদা ঐহাক্তি হায়ফম খংদনা জ্ঞান তাশিল্লক্তুরেবু ।

মনি – করি তৌরবগে হায়বা ?

মালা – খংবিরিবদুদি । থবক অমখক্তং ফংননবা হোৎনবদা, হোৎনবা য়াবা মখৈ হোৎনবে, ইন্টরভিয়ু কয়াদা য়াওরুরে, মাগীসি উপায় অমত্তা লৈতবে; কবিনো মসিদা হোৎনগদব'সে ।

মনি – খংদে মালা, মাগীদমক্তা হোৎনবসি আবোক অসে জ্ঞান তাদবে, অদুদগী অমুক চীংমী নিঙোল অমনা মমৌনুপী ওইনা ফংবসিদা মাথাসে ওহ্লোক্লা শারে; অহল অসিসু খংদে খুনুংগী অহল লমল হায়বশিংগী রাখল অসে ওহ্লোক্লা লুখবে মালা ।

মালা – মদুগীবুদি খন্ননিংঙাই লৈত্রে হায়বা । ইমাগীদি ইমা ওইনা অছুম লৈজবসনু, নোংমা নত্রগা নোংমদি উনৌনা উরিবু পুল্লি হায়বগুম মচা নুংশিবগী প্রেম্না পুঞ্জরক্কনিদা । হৌজিক হৌজিক্কী রাফম হায়ববু থবক-থনাগী রাফম অসিদা মঙাইরে । ইহে ! ইকাওবু কাওইদা মাই তামো, ঐহাক্লা নহাল হায়জবা রাফমদুগী মরমদদি করি করি তানখরে তানিংবনা লোয়রেবু ।

মনি – চুম্মীনহে তানিংলমগনি । ঐহাক্সু নঙোন্দা হান্না তমগে খল্লম্বনি, অদুদা ..... ।

মালা – কৈদৌরবা ... ?

মনি – তশেংনা হায়রবদা ঐহাক্তি য়াম্না তল্লি, মীরা ঙাংগনু, ঐদৌনা

তৌজৌ; মদুতদা অফবা হায়বদো ওইগদৌরিবা মালা। ঐহাক্না ঙসি হায়রিবসিনিকো—"শল অশিবগী মনাক্তা লেপ্লগা প্রায়চিত ফংগনি।"

মালা — য়াম্না চুম্মী মাই তামোনা তাকপীরিবদু, ঐহাকসুনে ঐখোয় অছোমগী ব্রাগসে তাজনিংদ্রবনে, অদুদা মচে অমদি লৈরিবকৌবনিনা হেক্তা মতাবা, তাদবসু য়াবসু নত্তে, লাইনদি য়ারোই, ঐহাক্না মমাংঙৈদা, অঙাংসে লাইরিক তম্বসু লোয়রবনিনা থবক অমদি 'ছুম তৌহননিংবদগী হায়জিল্লুবদা চীং মান্দা ওঝা ওইগে হায়বসিত্তদদি হায়বিগনু হায়জখিবা নৎত্রা ? আদা লৈরগদি নত্তবা চিঞ্জাক চারক্কনি আক-পাক নাইরকলোই, হৌজিক্তি ঐঙোন্দা লোয়না হেক থোক্লরে; মাইসে ফিরুক খুম্নবনে খুম্নবা। কনাগী মচা-মশুনো হেক ঙাংনরকপদা ঐগী ইপুব্রাগী ব্রা ওইরবোইতা মনিংবা। আ... তামো তোমচানদি করি-করি হায়নদি তম্বীরকপগে ?

মনি — কান্নদে মালা চাক চখোম অমত্তা চাখিগে। ফি হোংদোক্লবা খুদৈগদি কৈদা লৈখরে ? করি ইনশাংদি থোংঙি হা ?

মালা — লফু ইবোনবগা কাংহৌ অমগা অসিত্তনি। ফিসিদুম অমুক্তা হোংদোকপীরখো। য়েংঙোই, মাই তামো নহাল নোংমা ঐনা ঐখোয ইনেখোয়দা কোইথোক্লবদা ব্রাসে জাৎ-জাৎ তারকইবু, অদো: ঐহাক্না অসুম খল্লুবদা তামো তোমচাদগী ওইরমগদবা মাল্লি। মখোয়দি মথৌ লৈত্তবনিনা শল ব্রাইনবগীসু থা ৩/৪ চংনা ব্রারি শানবনিকো।

মনি — হা-হা-হা, তপথখো মালা; পাখৎখিনুদা। নত্তে, নংগী তামো তোমচাদুদি মথৌ য়াম্না চিনবা বেঙ্ককী মেনেজরনে, মীরা ঙাংবগা শংব-পোৎ নত্তে; নখোয়না পংখন খনবনি মীনা তাপ্রগা মরুপ মপাং কাইনগনি মালা। আ মাংথ্রিবা সনাশিংদো মাতগী ব্রাখলনা তৌবসু নত্তে হায়বা। নখোয়গীসে মীরাল অমা চংঙে, মদুগী পাওদু হেক ফংবদা নখোয় অঙাংদুগী মশক ফাও, য়েংনিংদে, জাৎ তিন্নদবা লৌরুরে ফরে, মদু ঐহাকসু য়ারগে, মদুদি নৎত্রদুনা করিগী মীগী সনা লুপাবু ....; অতৈ থবক ইনখাং অমা নোমদুনা মাগী হিংননবা হোৎনগেদি হায়দ্রদুনা করিগীনো মানা মীগী মরল পাল্লিববো ? ঐহাক নৎলমদবগী ফরম্বগী ব্রানি, সেরা খুদক্তা ...।

নত্তে, মানা আ চীংদা লৈরিব'সে, তলবনা কয়াম ফংলিবা; করম হায়না লৈরিবা মসিনি ঐহাক্না খংনিংলিবসি ?

মালা — মানা ওঝা ওইরিবদুসু তলবকা নিংথি নুংঙাইনা চাং নাইনা ফংবা নৎত মাল্লে। থবক্লগা নাতৈ চাদ্রিঙৈদা নুপীসু ঙক্তা থিজিল্লক্লে, খরা লৈরগদি মচা-মশু চেল্লক্লনি। ঐহাক্না খঞ্জবদি মাই তামো মখোয়না অঙাং নুবী চেল্লক্ত্রিঙৈদা মখোয় অনিগী হিংননবা লম্বী 'মতা য়েংশিনবিদ্রগদি, ইমানা মতম পুম্বদা হোৎনবা ঙম্লোই; মরমসিদসু মাই তামোনা অমুক্তা খঙ্কবিয়ু।

মনি — চুম্মী, মালা নহাক্না খল্লিদো। অদুনা মখোয় অনিসি ঐখোয়গী কাওবদা পাও অমা পীখিবা তারে। মহাক্লসু থবক অদুদা মথন্তনা হোৎনজবা ঙমদ্রবনি। মখোয়নবু করি হায়গদগে মালা ?

মালা — থোইনা কাইবগী ৱাদি নত্তেদা করিগী যারোইদৌরিবা।

মনি — অদুগা তশেংনা মাগীদমক্তা শেল-নুংপীজ-নোমজদুনা গভর্মেন্টকী চাকরি ফংনবগীদি ঐহাক পামদে। মহোয় মহোযদগী হেল্লবা মায়াদা মৈ হৌরবা কয়ামসু থবক্কী লান্দা লুপা পৈশা কয়া তিংনদুনা লান থেংনরিবা।

ঐহাক্কী মোত্তদি মদু নত্তে, নখোয়না হায়বা য়াই — তামোদি কমমৌনা ? তশেংনা ঐহাক্কীদি চান্স অমা ফংখিবগী ৱানি, করিগুম্বা তান চারগদি তোক্কেফাও' খল্লিবনি।

হৌজিক্তি মহাকসু B.A. নি, লাইরিক হৈরে, মশাগী ওইনা ঐখোয়গী মফম অদুদা মতৈ-মনাও অমদি তা-কাওবা লোয়ননা হোৎনরু চহিদা লুপা লিশিং কয়া, লাখ কয়া তানবা ঙম্লগনি; মীনসু ব্যবহার তৌরনি। মদুগী থবক্তুদা চংগদবা শেলফমদুগী মতাংদা ঐখোয়-তোমচাগা তান্নরগা বেঙ্কতগী শেলথং লৌননবা। য়েন, ঙানু, ওক, ঙা য়োক্লনবগী শেল, মদুদগী হেন্দোক্না মনা মশিং থাননবগীসু লোয়না লৌবা য়ারনি। মসিগী থবকসিদা মহাক্না য়ারগদি ঙসি নুমিৎ ১০/২০ নিগী মনুংদা পাংথোক্লনবা হোৎনবিগে হায়রিবনে মালা।

মালা — ঐহাকসু মদুম্মা তৌবা পান্নিবনি মাই তামো। ওক, য়েন লোইবগী ব্রাদি মাগী নুপীদি ওছোক্লা হৈথ্রগদবা জাৎনিদা; আ মখোয়-মশানি হায়বা। নোংমখক্তংদি ইমানা 'সুম্না পনখি।

মনি — করি হায়না ?

মালা — মখোয়নদি জ্ঞান তাশিল্লক্তবা অসিদা ঐহাক্লা করম্না মখোয়গা লোয়নবা তাবা। মখোয়গী হেক খল্লুবদা ঐহাকসে থুনা শিখিবনা হেন্নবু ফরেদা মালা। পামজদবা থবক থৌরম্না মখোয়গী হৈনবী ওইশিল্লক্লে। ঐহাক্লা মখা তানা 'ছুম হংবদগীদি ইমাসু অদুম তোকখরে। ফরে, মাই তামো; হৌজিক্কি প্লান্দুনা মখোয়বু মী অমা ওইননবা শেম্বীবনা হেন্না ফরেদা।

মনি — অহানবগী ওইনা শেম খোৎপগী লুপা লিশিং ৫ লোমদংদি পুথোক্তবা য়াদে, মতুং তাবা অদুদি ঐখোয় মরুপ তোমচাগা খন্নরগে।

মালা — মাই তামো।

মনি — তোমচা বাবুনা য়ারগদি লোয়রে, অঙাং হায়র B.A.. অমাবোমদা; মাগী নুপীসু শা-ঙা য়োকপগীদি থোইদোক্লা হৈরবীনিদা।

মসিনা ঐখোয় মশেল চুম্না-ছুম খন্নবগী ব্রানিকো মালা। মখোয়গীদমক্তা ঐখোয়না 'ছুক-কন্না হোৎনবসিদা মখোয়না ইরাই হেক লাইনা ওম্মোইগা মহায়রগদি মালা ! হোৎনবপুম্বা উত্তা দি হৈবা তাগনিদো, মসিনি ঐহাক্লা হৌজিক খল্লিবসি মালা।

মালা — মদুগা য়াবপোৎ নত্তে, মাই তামো; ঐহাক লৈরিসিদি। থবক অসি পাংথোক্লনবগীদমক্তা তা তোমচাদুদি মাই তামোনা খরা-খিৎ কন্না হোৎনবিরো। অহানবগী চংগদবা শেলফম লুপা লিশিং ৫ 'দুমদি পুথোকহল্লগে, মখা তাবদি মাই তামোনা অঙাংশিংদা জ্ঞান তানা হায়বিরগা; তা কাওবাগা অদুম হোৎনজথ্রনিদা।

মনি — মদু ওইরদি, ঐহাক হোৎনরগে মালা।

মালা — অহোয়।

**Light Off**

# অনিশুবা শরুক ।

## ( ফার্মদা মনি অমদি মালা লাকই । )

মনি — তা-কাওবা, তা-কাওবা ... ।
কনামত্তা লৈতব জাৎলনে 'সিবো, তা-কাওবা ।

মালা — আ মখোয়দি, পুখ্রি মপান্দা লৈরে; অসোমদা ওইনা চৎলসি ।

মনি — অঙাংশিংসু অমত্তা লৈবা উদেনা, করিনো মখোয়না হোৎনরিবসিবো ?

মালা — হো তাদা, হো তাদা, মাই তামো লাকএ ।

কাওবা — লাকচরে, লাকচরে ।
ইবুংঙোখোয় লেংবিরক্লি ।

মনি — তাদা ঐখোয়গী অশিংবা অঙাংশিংদুদি ঙসিদি উদেনা কৈদা চৎখরে ?

কাওবা — মনেমবোক্তু নাই হায়দুনা ঙরাং চৎখি, নোংমা নিনি লৈরগদি হল্লকপসু ময়াই; ছোমগীসু থবক কম্বনিনা আদা লৈথোকপগী ৱাদি লৈরোইদা ইবুংঙো । চাক ঈশিংদি কমদৌবা ?

মনি — খুমদগী চারগা লাকএ ।
অদুনাদি তা-কাওবা ঐখোয়না লাক্লিঙৈসিদা নহালগী লোয়শিনহৌদবা হিসাব বোইদো খবা পুথোকপীবকউ । খরা অমুক্তা য়েংশিল্লমগে ।

কাওবা — ফনি ইবুংঙো । 'সিদা লৈজবে ইবুংঙো ।

মালা — তাদা, মাই তামোনা হিসাব খোৎলিঙৈদা ঐখোয়গী য়েন, ঙানু, ওক অমদি ঙাশিংদু অমুক্তা য়েংলুসিদনা; করি হায়গে ?

কাওবা — ফনি ইবেম্মা, লেংবিশি ।

মালা — ঐখোয়না নহালৱাই লৈখিবা ওক মশিংদুবু কয়ানো তাদা ?

কাওবা — মশিংগী ৱাদি ১০০ নি, মদুগী মনুংদা ওক ৫/৬ লোম অমদি শিখরে, অতৈদি লোয়না হিংলি । য়েংবিয়ু 'সিদগী ময়াম'সে ।

মালা — ইস ! 'সিদি ওহ্লোক্না চাওরে, ফজরেদনা, নহালমুক লাক্লম্বদুদি, মখোয়শিং অসি পী-পী লাওরম্মী; হৌজিক্কা য়েংনৰুরগদি তাদা । মখোয়সিদি মতা অমনিদা সিদি !

কাওবা — মানি ইবেম্মা, মানি । শাহৌ ফৈ ।

মালা – মখোয়সিগী লেংগাসিদি কয়াগদি শিংলবা য়াই তাদা ?

কাওবা – মসি ইবেম্মা, ঐহাক্কী ৱাখলদদি, 'সিদগী কোর মনুংদা লৈরিবা ২০/৩০ সিসি লুপা ২০০০ দগী ৩০০০ লোমদি ময়ৌরনি, খরা হন্দবা কাংলুপ অসিনা ১৫০০ দগী ২০০০ রোম ওইবা য়াই; অদুগা মচাশিংদি মচিঞ্জাক খুনবা ঙম্নবনিনা অমমমদা লুপা ৭০০/৮০০ লোমদি শিংলনি ইবেম্মা। মথীবোংদি লাওখিবসিনা মওং অমনিদা। ৱাফম অমনা ইবেম্মা, ঐখোয়গীদা য়োক্লিবা ওকশিংসিদি অয়াম্বনা য়োর্কশিয়ারগী ঙাক্তনি, মখোয় অসি য়াম্না চাওগল্লি; অদুগা মী অয়াম্বনসু পাম্নগল্লি। শদোংলোমদসু য়াম্না ফংমাল্লেদা।

মালা – ও, ও !

কাওবা – কুইবু কুইদ্রিনে ঙসি ১০/২০ নিদা মঙাইরি অৱাংগী ই্চিল ইনাওশিংনা ১০ মুকসু লৌখ্রবনি। মখোয়না লৌখিবশিংদুদি য়াম্না ফজরেবু ইবেম্মা, গাড়িদা হাপখিবদুদা ঐহাক্না উজহৌবদা ময়াংলেন অদো গাড়িগী থোংদগী খরা হেন্না উই ইবেম্মা। মদুগী মমলদুবু লুপা লিশিং ২/২ শিংখি। খুদক্তা নুপামচানা বেক্কদা শেলফমশিংদু থমজিনখি।

হৌজিক্তি ময়ামসিগী লোয়শিন খোমজিনবদা ঐখোয় ইবুংঙোসু মিৎনকুপ্পা পোখাবগা শংখিদ্রে ইবেম্মা। অদুগা ইবেম্মা অসিমদি শা-ঙা য়োকপদদি ওন্থোক্না মথৱাই য়াওখরে, য়েংবদদি পংলি পংলি মাল্লদনা। থবক্তদি মৈচাক কল্লিকো। নুপীমচা অসিবু করি লমগী নিঙোলনো ?

মালা – উখ্রুলদগীনি তাদা।

কাওবা – কমদৌবা ?

মালা – মসিগী ৱারিদি মহারাভত, রামায়ণগুম্বনি তাদা। নুপামচাসিনা B.A. নি। আ-দা ওঝা ওইরুবদগী, মথং মথং অসি য়ৌরক্লিবসিনি। অতৈ অমা য়েংলুরসি।

কাওবা – ফনি ইবেম্মা অসোমদা লেংবিরকউ। মসিদা লৈরিবা য়েন মখলশিংদগী ফংলকপা য়েরুম্না ৪০০/৫০০ দি শুই, অদুগা হোটেল অমদি কৈথেলদা সপ্লাই তৌই, য়েরুম্না ৱাৎলক্লগসু য়েন ওইনসু

হোটেলগীদি অদুম পীরে। হন্দক মরকসি নোং-খা চুখিবদুদা লায়না তিন্না খরা থোক্তনা ঐখোয় ইবুংঙোনা ডাক্তর চাওভল কৌদুনা য়েনবী য়েনাও, ওক, ঙানু, শল-লোক লোয়না টিকা থাখ্রবনি। অদুগা নিতিগী কারকপা শেলগী ৱাসু ৱানি, মসিদগা ইবেম্মাখোয়নগা লৈরগদি ময়ামসিগী মতৌদা, য়েংবদা ওহ্মোক্না নুংঙাইখ্রব-জাৎনিদা ইবেম্মা।

মালা — হিসাবকীদি কনানা শুরি ? তাদা, ঐখোয়গী অঙাংদো খরা চেকশিনবিয়ু, মবাইবুংঙোনা হিসাব তৌহৌরিবসিদা করিগুম্বা অরানবা অমত্তংগা থেংনখ্রগদি, ঐহাক মখা তাজনিংদে। অছুক ৱানা হোৎনদনা মাতবু মী অমা ওইহৌনবা হোৎনরিবা নুপা অসিনা য়াখিদবা থোক্লগদি মিকুপ্তা সববনাস তাখিগদবনি তাদা। ইপুৱা ওইরসু মাতা-অমনি তাদা।

নোংমতা আদা লাকউনে, ঐহাক্না হুইনাও মচা ৪/৫ খকসু লৈদুনা থম্লবনি; ঙসি পুবক্কদবদো নাতৈ অমা চাদবগী ..... ।

কাওবা — লাকচগে ইবেম্মা, তাঞ্জা অমা য়েংলগা।

মনি — তা-কাওবা, তা-কাওবা।

কাওবা — লাকচরে ইবুংঙো, লাকচরে।

মনি — সে হিসাবশিংসে লোয়রে, মফম চানা থম্বীরুরো। হিসাবকী মতাংদা শেল খরা চৈন্নে, মদু থোইনদি কাইদে, অদুবু ঐহাক্না চুমথোক্লম্লবনি কোন্নদি য়াম্না নুংঙাইরনি। হিসাম লান্না উৎকনু হায়বিয়ু অঙাংশিংদা। অদুগা ঐখোয়গী ফার্মদগী ফংলক্লিবা পোৎথোকশিং অসি হত্থদনবা চেকশিনবা তাই। নত্তে মখোয় মনেমবোক নাই হায়বদো কমদৌরিবা জাৎনো, ঐখোয়না চৎলুগদবসু নাতৈ অমা ইচা চাদে তৌরিসি।

কাওবা — অদুক কুপ্পদি থোইদোকপা খংজদরে, নাবদি খরা কনবমাল্লে ইবুংঙো। আ হিসাবকী মতাংদা চৈন্নে হায়রিবদো লুপা কয়াম্নদি ............ ?

আ মমাংঙৈদদি থোইদোকপা চেন্নখোৎনবগীদি থোইদোকপা তাখিদে, হন্দক শেল খরা চৈন্নে হায়বসিদি ?

**মনি** – য়ামদেদা তা-কাওবা, লুপা ১০০/২০০ লোমদনি, অদুগা ব্রাকম অমনা, বেঙ্কগী শেলফম অদুদদি চাং নাইনা থমজিল্লু হায়বিয়ু; ঐহাক্কী মথংগী প্লান য়ান্না লৈরি। মহাক্কুবু জ্ঞান তারগদি লৌ খোইনবা ইঞ্জিন অমা লৌগে খল্লিবনি।

হৌজিক ফাওবদা ঐখোয়না বেঙ্কগী শেল শিংগদবসি লুপা লিশিং ৩০ রোমদা মঙাইরে। শেনথং অসি লোইদ্রিমখৈদি খবা কন্না হোৎনবা তাই, ঐহাকসু মরক মরক্তা লাক্কে তা-কাওবা। ইনশাং নাপী খরদি পুখিসিদনা মালা।

**মালা** – হোয়নে মাই তামো, মদুগী ব্রাখলদি করিমত্তা চংলুদ্রেনে। তা-কাওবা .......... ।

**কাওবা** – হেকচরুগে ইবেম্মা, মিৎন কুপ্পা য়ানিদা

+ + +      + + +

**মনি** – করি করিদি য়েংলুরে ?

**মালা** – অয়াম্বনদি য়েংলুরে – ওকশিংদুদি থা ২গা লৈবদি শেলবু য়ান্না কারবনি ১দা লিশিং ২ দগী ৩ ফাওবগী মনুংদদি শিংকদবা-মাল্লি। ঙাশিং অসিদি মাই-তামো হন্দক্কী নিঙোল চাকৌবদা য়োলহৌরশি ঐহাক্না 'ছুম খনবদা পুখ্রি অচৌবা ৫ সিদগীদি লুপা লিশিং ৪০ দি লাইনা ফংলনি।

**মনি** – উম। অতৈদেসু অদুম ফংগনিদা।

**কাওবা** – য়াবিরগদ্রা খরা অসিনা ?

**মালা** – য়াম্নু য়ান্নলেদা, অদুদি চৎলসি।

**মনি** – চৎলসি চৎলসি। তা-কাওবা ঐখোয়।

**কাওবা** – লেংবিরসি, লৈজহৌরে। মরমপুম্না অঙাংশিং লাক্লগা তমজগে।

**মনি** – তা-কাওবা।

**Light Off**

## অহুমশুবা শরুক।

### ( মনি য়ুমদা, তোমচা লাকই। )

তোমচা — মরুপ মনি, মরুপ লৈবির-ও ?

মালা — লৈজে। য়ে-য়ে, তামোনিনা, লেংখৎপিরকসি খুদা 'ছোমদা। মাই তামো, মাই তামো; তামো লেংলক্লে অমুক্তা...।

মনি — কৈনো ?

মালা — কা-রোমদা হেক্তা লেংশিল্লসি তামো।

তোমচা — য়াইদা য়াইদা।

মনি — য়ে-য়ে মেনেজর তোমচা বাবুনিনা, ঐহাক্তি ভাব অমা তৌরুরে। হায়, য়েংঙোই মালা; চা-নুংগদো খরা থুনা অমুক্তা হোৎনরকউ।

তোমচা — যাজরে য়াজরে।

মনি — চা-লোনবা লোয়রগা চাক ঈশিং অদুম হোৎনরো মালা।

মালা — ফনি, হোৎনজগে।

মনি — ঙসিদি হাওবা হাওতবা খবদংদদি।

তোমচা — কবিমত্তা হোৎনদ্রিব-জাৎ-নিদনাসিদি !

মনি — মিং নকুপ্পদা লোয়নিদা। নহালদো ঐখোয় অনি আ-ফার্মদা অছুম কোইথোক্লুই। মরুপ, ওক, য়েন, ঙানু অমদি ঙাশিংদো য়াম্না অঙকপা ফংনা ময়ামদো, য়েংবদা কয়াদি নুংঙাইবে; মদুম্না হেক লৈবদুনা নুমিৎ তারমদাইদা হল্লকই।

তোমচা — মশানা তাবনে। য়েংশিনবা হৈবী লৈরবদবু কনাগী পোৎথোক্লা ফংলোইদৌরিবা। ঐহাক্লা মরুপকী একাউন্টসু য়েংবদা য়াম্না চাং নাইনা করবার চৎলম্মে। মছুম তৌরগদি ঐখোয়গী ব্রাদি, শেলগী অৱাৎপা লৈহল্লোই হায়জরিবনি। মসি খংনা মরুপ, অতৈ অতোপ্পা মখলগী ফাইনান্স অমসু পীননবা হোৎনজগে।

ঐহাক্লা থেংনবদা অহানবদদি লুপা লিশিং ১৪ থমজিনখি, মথংগীদনা লিশিং ২০, মথংগীদনা লিশিং ২০ অমগা অমুক। অছুম্না অমগা অমগা মরি লৈনরগদি চাওখৎপা অমদি হিংবা হায়বসে য়াম্না লায়খ্রবা মওং অমনি। মতম অমদদি ঐখোয়নদি করবারগী ম ওংদদি করিমত্তা নোলেজ লৈতবা, হায়বদি হৈতবদগী ...., বেঙ্ককী শেলনা ধমাধম লৌশিল্লি অদুগা জিপ, কাব, নাইট ক্লবকী নেশাদা, অদুদগী হেন্দোক্লা নুপীনহাদা রাজা শাদুনা লোয়রে; কাইনথংদদি তিংগাংকোক তারে। লৌরি ইংখোলসু বেঙ্কনা মৎপা মতাবা। মসি তশেংনা খঙ্‌বা তাবগদি ঐখোয় ঐখোয়না পংবগী ব্রানি মরুপ। অদুগা মখোয়গুম্বা করবারদদি ....., মী ১০০ গী মনুংদা ১০ ফাওবা ব্রানা থোকই। বেঙ্ককা নকশিন্নরিবমখৈদি ঐখোয়গী কান্নবনি।

**মনি** – খংদে মরুপ হৌজিক ফাওবদদি ঈশ্বরগী কৃপাদগী থোইদোকপা ফেলমক্তি ওইদ্রি। ঐহাক্লা নহাল ফার্মদা চৎলুবদুদা তিসাব লোইনা য়েংশিল্লম্মী, থোইদোক্লা অশোই অরাকতি য়াওবমদে মরুপ।

**মালা** – 'ছোমদা চা লৈজবে।

**তোমচা** – নহাক্কীদি ... ?

**মালা** – য়াজবে তামো।

**তোমচা** – করি ইনশাংদি পীজগদৌরিবা মালা ?

**মালা** – চাক চারা অমতং চামিন্ননিংদুনা লাংজবনিদা হাওরসু হাওত্ররবসু ব্রাবৌবসু য়াদেকো তামো, ঐহাক অমুক্তা চাকখুমদা চংজকখিগে।

**মনি** – খুৎলৈ খরদি থুবোকো।

**তোমচা** – মরুপকী ইশেননুপীদুদি করি ক্লাস ?

**মনি** – B.A., মথোং কয়া চাখিদ্রবা অঙাংনিদা তোমচা বাবু।

**তোমচা** – মাবুদি ঐহাক্লা থাগৎলিবনিনে। করিগীনো হায়বদা লাইরিকসু হৈরবা, শেল তানবদসু মশাগী ওইবা, গভর্মেন্টকী থবকসু নত্তবা মসিনা খ্বাইদগী হেন্না ফরবনি। হৌজিক্কী মতমদা লাইরিক হৈরে, শেল লৈতবা, শেল লৈরে, শঙ্গ লৈতবা; অমত্তা ব্রাৎপা য়াদে। গভর্মেন্টকী পোষ্ট অমত্তং ফংননবা হোৎনবদা মহাদেবদা লুপা পৈশা কৎলি, ফংলিবা মহাদেব অদুনা অমুক মাবু শেম্বীরক্লিবা মপুদা অমুক দক্ষিনা;

নৎত্রবদি থবক্কা লোয়না ফেল। তলব চাবা হায়বসে ওষ্ঠোক্লা তনগ্রপোৎনিদা, শোইদ্রিমখৈ ফবা; করিগুম্বা হেক শোয়খিবদা মীৰা হেক্তা মতাবা। মরুপ মনি, ঐহাকসু মরুপকী অছুম্না দুকান মচা অমা হোৎনশিরা হায়দনা খল্লিবনি।

ঐখোয়গী তলব মাতা'সিনদি করিমত্তা কোন্নদ্রে, ইমুংগী সোলভ তৌবা ঙমদে। ইশেলনুপানা লনাই হোৎনরিবসে ঐহাক্তি ওষ্ঠোক্লবু পামজখরে মনি বাবু।

মনি — করম থোক্লগদৌরিবা! খংদে মরুপ। য়ে-য়ে চন্দ্রো নহাকসু লাক্লি।

চন্দ্রো — ইবাইবুংঙো।

তোমচা — কনানো ইবুংঙোসিনা ?

মনি — হৌজিক্তা ৰারি শান্নখিবদো, মাগীনি মকপ; চন্দ্রো কৌই মমিংনা। মথোং মরম চামন্দবদগী মচেগা তান্নরগা ফার্মদা .... । হৌজিক্তি মমাংঙৈগুম্না তৌদ্রে, তৌদ্রে স্তান য়াম্না তারে; মতম অমদদি ইৰাগসে লৌবিবমপোৎ নত্তেদা।

তোমচা — অদুগা আবোকখোয়না য়াখিদবগী মরম্না করিগী ?

মনি — চীংমী নিংঙোল অমা লৌরুবদগী।

তোমচা — অমুক্তবু কৌথোক্লকউনে।

মনি — চন্দ্রো চন্দ্রো।

চন্দ্রো — ইবাইবুংঙো, নশেন লাকচরে।

মনি — য়েংঙোই নবাইগা ফমমিন্নরিবা মরুপ অসে অতৈ কনা অমা নত্তে। হৌজিক্ক হৌজিক ঐখোয়না বেঙ্কতগী শেঙ্খং লৌথরিবা বেঙ্ক অদুগী মেনেজরনে। মরুপ তোমচানা খংনিংঙি হায়দনা কৌবা। নহাক্কী অপাম্বদুসু মহায়যু মেনেজরদা।

চন্দ্রো — তামোদি ননাওনা খংজহৌদ্রে, ঙাকপিগনি।

তোমচা — করি কাইদেদা ইনাওসিদি।

মনি — নবাইনা চাক চারা অমা চামিন্নশি হায়দনা। ঙসিদি নহাকসু লাকপসি তান য়াম্না চারে শকখং মাইখংনবসিদা।

তোমচা – ইনাওনা হৌজিক চৎথরিবা ফার্ম অসিগী পান্দমদি কমদৌবা ?

চন্দ্রো – তামো, ঐহাক অসে, অহানবদা, গভর্মেন্টকী ইন্টরভিউ কয়া য়াওজখি, অদুবু মওং অমত্তা চাখিদে; মদুদগী ঐখোয়গী লমদমসিদা লনাই করবার তৌরগা মীয়ামগী অৱাৎপা খরদি মেনখৎপা ঙমগদ্রা খঞ্জদুনা হোৎনজবনি। হৌজিক হৌজিক ফার্ম অসিদা ঐখোয় ৩ না হোৎনজরি। ঐহাক্নে, ঐহাক্কী নুপীনে; লোয়ননা অহল অমগা। মসি ফাওবদা নিংবা থুংলক্তবগী মওং অমা লাকপদগী মী ৪/৫ লোম অমগা থল্লগে খল্লি। য়োক্লিবা, অমদি লোইরিবা জীব ময়ামসিগী মচিঞ্জাক থীবা খোৎপা, পীজ-পীথকপা, য়েংশিনবা খংদে তামো ননাওনা হোৎনজরিবা, থবক অসি তামোখোয়; ইবাইখোয়গী মতেংদগী।

তোমচা – সরকারগী চাকরি তৌগদবগী শরুক ইশাগী হায়বদি লনাই শুজবসিনা খ্বাইদগী হেন্না ফৈ হায়বসে ঐহাক্কী মোৎনি। নহাক্কী নফমদা নয়াম্বগী তুংগী আশা য়াম্না থল্লি।

অরোইবা ওইনা, নয়াম্বা অমা ওইনা, ঐহাক্না হায়গদবদি; নহাক্কী বেঙ্ককী পৈশা থমজিনবদো চাং নাইনা থম্নবা হোৎনগদবনি। মথংদা প্লান অমা অমুক চৎথসি চন্দ্রো কো।

চন্দ্রো – তামো, লাইবক ফবনি।

মনি – ঐহাক্না ঙসাই হায়জরিবদুনি, হিসাবকীদি ফজনা অদুম মহোৎনৈ মহাকসি। মরক মরক্তা ঐহাক্না অমুক য়েংশিনর্বিরি।

তোমচা – মদুনি মরুপ ঐখোয়না পামজরিবসু।

মালা – তামোখোয় ময়াম লেংশিল্লসি, চাক ঈশিংগী থৌবাং লোয়জবে।

তোমচা – কবি করিদি পীজগদৌবিবা মালা ?

মালা – ইবু ইকাইজে তামো। ঙা মচা অমা থোংঙি, ইরোনবা অমগা; খজিং কাংহৌ অমগা মসিদনি তামো।

তোমচা – মথেলদি য়াম্মীদনা। অদুদি, মনি বাবু; চন্দ্রো চংলসি।

মনি – লেংশিনবিশি।

**Light Off**

## মরিশুবা শরুক।

### ( চন্দ্রোনা ফার্মদা চৎননবা হোৎনবা, লোয়ননা কাওবা সিংহ। )

চন্দ্রো – খুড়া, ও-খুড়া, ঐখোয়গী গাড়িদুবু থাওগবু কমদৌরি? খোইগদৌরিবা মফমদি ঙসিগী ওইনদি লৌ পরি ১০ লোমনি। ঈশিং মাইশিংগদো অমুক্তা য়েংশিনবিয়ু।

কাওবা – ঙসাইনা লোয়নমক য়েংশিল্লম্লবনি। লৌফমদি কনা-কনাগীদি য়াওরিবা ?

চন্দ্রো – ঐগীনা পরি ৮ অমা, অনি অমনা চাওবখোয়গী। কুইরবনি চাওবগী মমানা ইবুংঙো নংনা নখোয়গী খোয়বদা ঐখোয়গী তুদগা য়াওবিয়ু। শেলগদি পীরকপা কুইরে, ঐতনা থবক শংদবদগী ... । খুড়া লৌফর্মশিংসিদদি করিদি থাশিগে ? ঐগী ৱাদি, মরোংবীদু হেক লোকপগা ফৌ থাবগী মতমসু ওইরবনি।

কাওবা – মসিদি মতমগা চুনবা হৱাই মাইরোংবী, নুংহৱাই লোয়রে, অদুগা অকোইবদনা মঙং য়েংল-য়েংলগা অৱাথবী অমদি হৈ রা থাজিনশি।

চন্দ্রো – ঐহাক্তি চু য়াম্না থনিংঙি খুড়া।

কাওবা – কবিসু কাইদে। নত্তে নহাক্ত নংনা নবাইবুংখোয়দা চৎলুবদুগী ৱাদি কমদৌবা ?

চন্দ্রো – ঐনা চৎখিবা নুমিত্তুনা ইবাইনে, বেঙ্ককী মেনেজরনে হায়দনা অমখক্তা ৱারি শাদুনা লৈরম্মী। মরম লোয়না ঐখোয় ইচেগা চাকখুমদা অদুম ঙাংনরে। চাক চারমদাইদা ইবাইনা কৌরক্তুনা মেনেজরদুগা ৱারি খরা শান্নহৌরে। ফার্মবু য়াম্না থাগৎলম্মী। মতুংগী আশা য়াম্না লৈ হায়দুনা তাকপীখি মেনেজর তোমচানা।

কাওবা – মসিদা লাক্কনিদি হায়দ্রা-ও ?

চন্দ্রো – মদুমক্তি হায়রক্তে, ঐখোয ইবাইবুংঙোগা হায়নরম্মদি খংদ্রে। ফরে খুড়া, ঐসু নুমিৎসু পংকা কাদ্রিঙৈদা লবুক্তা, খোইবা হেক লোয়বগা হৱাইশিং থাজিনশি। হন্দক্তা য়াওবা অঙাংশিংদি কৈদা চৎখরে ?

**কাওবা** – ইবুংঙোনা মনিংলোম চংখিবদুদা, ইবেম্মগা লোয়ননা ঙা য়োকফম লোমদা চৎখি। করি হায়জৌ হায়বগে ?

**চন্দ্রো** – ঙসিদি ঐনা ছুম খল্লুবদা মরুপ-মপাং খরা লাকপা য়াই। করিগুম্বা মখোয়না লাকপা তারগদি খুড়ানা পাওপীবকউ।

**কাওবা** – গাড়িদো জ্ঞান তানা থৌকো।

\+ + +   + + +

**মালা** – খুড়া চন্দ্রোদি ?

**কাওবা** – হৌজিক্তা লৌ খোয়নি হায়দনা লবুক্তা।

**মালা** – ফরে তাদা চৎখ্রসনু। তাদগা ঐখোয়গা খন্নরগা লোয়রে। নত্তে ময়ামসিনা অছুক কুইনা থবক ইনখাং নোমলক্লিবসিগী মহৈদি কমদৌরি তা কাওবা ?

**কাওবা** – য়াম্না চাওখৎলি ইবেম্মা। নোংমদি চন্দ্রোনা হায়রম্মী –"মাগী নুপীনা ফার্মসিদা কুইনা, অমদি ৱানা শা-ঙা ময়ামসি য়োক্কদবগী শরুক ঐখোয় চীংদা দুকান ফমলনি।"

মখোয়গী ৱাঙাং অসিদগী ঐহাক্লা ছুম খল্লবদা মাগী নুপী অসি তমদা কয়া লৈনিংদে। অমরোমদা ইবুংঙো অমদি ইবেম্মখোয়না অছুক কন্না হোৎনখ্রবসিদা মখোয়গী ৱাখলসি জ্ঞান তাদে। নং তাদোখোয়দি কাতুকারল পামজদে, মসি খংবিদনা ইবুংঙোখোয়না ঐহাকপু থম্বীবনি।

**মালা** – হৌজিকপু মাগী নুপীদি ?

**কাওবা** – অঙাং খরগা লোয়ননা শা-শনগী মচিঞ্জাক থাবা চৎখি।

ইবেম্মগী চাক ঈশিংদি কমদৌবা ?

**মালা** – চাররোই তাদা। মখোয়না চীংদা চৎলনি হায়বদুগী মরমদু খংনিংবদগী নারোম্দা লাক্লিবা। চাক্কী ৱাদি কোন্না চারশি তাদা। ঐহাকসু হনখ্রগে।

**কাওবা** – ফরে ইবেম্মা।

**করম্নো তৌগদৌরিবসিবো ! লোয়না তমথোক্রে শাওখিগদৌরি, তমদ্রে করি ওইবা তাবা; লুখরেদা ঐগী দশাসে !**

শেংলবা অতিয়াদা অমংবা লৈচিল অমনা কুপ্পা হৌরক্লেদেনা, নোংমা নত্রগা নোংমদি লৈমাইদা চুথরক্লনি। মতমদুদা পাৎ-তুরেল, পুখ্রি, খোংবান ইমাই চোল্লনি। নোংথাংগী খোঞ্জেলনা তাইবংসি থক-থক নিক্লনি, মালেম লৈত্রক চৎলনি; মতমদুদা পাংদ্রবা জীবশিংনা করম্না হিংবা তাবা ! পুন্নমক ঈশ্বরগী লীলা ঙাক্তনি। পংলবা ননাইতদি কনবিয়ুকো, হে ঈশ্বর।

## Light Off

## মঙাশুবা শরুক।

( মালা, মপুরোইবা মনিবু মাঙ্গোলদা ঙাইরি। )

মালা — কৈদৌরবনো মাই তামোনা হৌজিক ফাওবা হল্লক্ত্রিবসিবো ! মতম্নগা মতম থেংজিল্লকপনে। ঈ-পাওসু অমত্তা ফংদে, মতম্নগা মতম ফত্তবসিদা অঙাং মচাসু মনৎত্রে ....; 'ওফিস ছুটি হেক মওইরগদি যুমদা হেক য়াদবসিবু।

(ছুই খোংঙি... ।)

বোই-বোই, কম হিয়ার। কনাসু লাক্কে করিগী খোংলিনো ? বোই, নংবু ননিংতা করি কবি উরবগে হা ? তুমিন লৈয়ু।

হায়মা ! ফিবোলদুদি লৈখোম লৈনাংমক্তা ঙাইরে, কৈদা তারুবে মাই তামো ?

মনি — খোংফম অমা চাখিদবদগী তুখিবনিদা, অমুক্তা শম্মুসে; হকচাংসি ঙমদবনা লোয়রে। মালা চাক্কদো অমত্তা চানিংদরে।

মালা — উম, মসিননিদনা। কোনখৎপীবো ইমুংদা চংলসি। মসিননিদনা বোইনা পখোংদা খোংলিবসিদি। নত্তে কনাগা লোয়নবিরুবগে ?

মনি — কনাসু লোয়নদে। ঐখোয় ওফিসাব অমগা 'ছুম রাবি রাতাই অমা .... ।

মালা — মরমদি .... '

মনি — কান্নদে মালা, ঐ ঙসিদগী ওফিসকা কাররোই হায়না ওফিসারদুদা হায়রম্লবনে। মাগী তলব কচ্চা, মী ওইবসু ঙম্লোইদবা হায়দুনা লোয়নখ্রপোৎনি মালা। নহাকসু তাওনে মানা চাওরিবনি হায়দুনা মাগী পেয়নবা; নুংঙাইনবা হোৎনবদা কৈদৌবগী ইঙক য়োনগগৌরিবা। ঐহাকসি কনানো হায়বসে মানা খংদে, লুপা লিশিং কয়াগী; লাখ কয়া-কয়াগী মপুনো হায়বদো। মাগুম্সগী তলব খরদুনা হা-হা-হা। ফনদুম ফবে মাগা হান্না উন্নবসি, হান্নদগী তোক্লিং-তোক্লিং লৈরিঙৈদা। মানগা ওফিসারনি হায়দুনা পংঙাং ঙাংবগা

সেরা। হয়েংসি চিঠি ১ পীখ্রগা লোয়রে। ইশাগী ফার্মদা ইখুৎনা থবক শুগনি। অদুগা ঐখোয়না লৈনরিবা য়ুম অসিনা ভারা-গোক থল্লগা লোয়রে। য়াম্না ইংনা লৈরগা থবক শুরগা লোয়রেদ্না। মীখা পোনবা ওক্নে। খংগনিদনা মাসু নোংমা নত্রগা নোংমদি ঐহাক্কী ইফমদা লাকখিগনি, মতমদুদা মাগী মতিক চাবা মহৈ অমদি ফংগনি মালা। আ ... কবিদি থোংলিবা ?

মালা – মাই তামোনা পামজবা ঙাক্রগা খামেন অশিনবগা, আলুগা থোংঙে; চাক থাংদোকচরক্লো হায়ব্রাও ?

মনি – উম, খরা চাবা য়াবরা ময়েংগে মালা। ইনশাংদি হাওনিদা।

মালা – 'সিদা লৈজরে। মাই তামো. থবক্কী ৱাদো তোক্কে খল্লগসু তোকপীরো। ঙাইহাক লৈরা ৱা অমা হেক ঙাংন, মীগী খদাং মখাদা লৈগদৌ শরুক; ঐখোয়গী ফার্মদা মাইদুম ওলশিল্লসি। আদসু মী ওই ৪/৫ অমসু লৈরি, ঐখোয় অমুক য়াওশিল্লগদি অঙকপা ফংনা নুংঙাইরনি। মাই তামোগী ৱাখলসে, ঐহাক্কুদি খংবা কুইরবনে। ঐনা হেক হায়রুরগা শাওখিগদ্রা খল্লম্বনিদা।

অদুগা ঐহাক্কীদি খরা নকপা কলেজ অমদা ওনশিল্লগা লোয়রে, কা-দনা তলব লৌবা য়াবা 'সিবু; তলব হেক ফংবগা মখোয়গী চাকথুং খবাহেক মপীবা।

মনি – হোয়দা হোয়দা। ফরে মালা হয়েংসিমক তোকপনা ফরে, মাগী তলব মতাসিনা মী ওইগদবসু নত্তে। অদুগা ঐখোয়গী তা-কাওবদা চিঠি অমা পীখো নুমিৎ অফবা অমা য়েংলগা ঐখোয় লাক্কনি হায়না। ইবনাইগী থবক্তা ইশাগীতা ওইনা ইশানা হোৎনজবা পাম্মে ঐহাক।

মালা – মাই তামো, ঐখোয়না আদা লৈবগদি কার অমগা গাড়ি মচা অমগদি থমশিকো; ঐদি য়াম্না পান্নজে।

মনি – গাড়িগী ৱাদি, নহালনা, মকপ তোমচানা বেঙ্কগী শেনথং লৌরসি হায়বনে; নংনবু পাম্লগদি হয়েংমকসে তোমচা বাবু উনবগা লোয়রেদা।

মালা – মাই তামো, তোমচানা অদুম্না হায়বিরক্লবদি নহালনাকোক লৌশিল্লম্লবদি কয়াম্না নুংঙাইরমগদবা; অদুক য়াম্না কন্না তোংনিংলুবগী ৱাদি নত্তেদা। মীমাংদা অমা লৈবা হায়বসে।

মনি — মালা ঐহাকসু লোয়না খংঙি। সরকারগী থবক তৌনা তৌনা মালচাং লেপশিনবসে মীনা, খরদি চিংনগল্লি। মসিগী মতাংদগী ঐহাক্লা লৌখিদবগী ৱানি মালা। হৌজিক্তিনে ঐহাক্কী শক উৎপা য়ারে, মরমদি অচৌবা ফার্ম অমগী মপুনিনে মালা। মতাংসু চারে হায়বা।

মালা — চুম্মী। হয়েং নোংঙাল্লগা লোয়নমক হোৎনরসি, মতমসু থেংজিল্লক্লে, তুম্নবা হোৎনরশি।

মনি — চুম্মী, ঐহাকসু পোৎথানিংঙে। ঙসি ঐহাক্লা ঙাংলিবশিংসে নেশাদগী পংঙাং-ঙাংবনিদি খল্লুনু, তশেংনা থবক থাদোক্লবনি। থম্মোয়সে ওম্থোক্লা পেনখিদ্রেদা মালা। ঈশিং গ্লাস অমক্তংদদি সাইদ তেবলদা থনম্মুকো।

মালা — থমজরমগে।

হয়েংদিনে মাই তামো, ইমাগী নাক্তা অমুক্তা চংজরক্কে; থেংলবসু ঙল্লবসু-কো।

মনি — চংলকউ। অঙকপা তাংবংপালদা ঐখোয় অসে তাইবং মপুনা শিল্লকপা পোরমদা তাবা গাইত্রংগী পো অদুনি।

মালা — থেংঙে মাই তামো, তুম্নবগী হোৎনরসি। ফিবোল হোংদোকপীবো, চাক থাংদোকচরগে।

মনি — য়াইনে, খরা চাবগা হেক ....।

মালা — তুম্মমদাইদা হায়বগী ৱাদি নৎতেকো হয়েং নোংঙাল্লগা তামো তোমচাদা গাড়িগী ৱাদো, লৌবিরো হায়জবা।

মনি — মদুগী ৱাদি ঐহাক্লে জ্ঞান তারো।

মালা — হোয়দা 'দুগী ৱাদি।

**Light Off**

# অরোইবা শরুক।

## ( মালা মমাগী ময়ুমদা লাকই। )

মালা – ইমা, ইমা লৈব্রা-ও ?

মমা – লৈ। করিগীনো নহাক্না হেক লাকপগা পংলাওদা লাওরিববো ?

মালা – লাওদবা য়াদ্রবা। ঙাইখো ইমা, নহাকপু নচানিপা কয়া শুবগে; কয়ারক হন্না ঙাংনরে কয়ারক হন্না অমুক ঙাংনখিগদগে। মীগী মমাংসিদা ফজদরে হায়বনে।

মমা – নং হেক লাক্লদি তৌরগদবনি, ফজবা ফজদবা করিনো ?

মালা – মসিবু তাইবং মীনা তৌনদরা ?

মমা – লাই-গুরু নরক তাগদবা, মসিদা ঙাংলগনু মালা।

মালা – নবক হায়বদো কৈদা লৈবগে ? নচানুপা, নমৌনুপীবু চংহন্দনা হনুবী নংনা ইংখ্রবসিদা নথন্নতা থোংদুনা; ফৌ-শুদুনা চারিবা অসিনে নরক হাযবদো। তৌরনু ইমা, ঙসিমক কৌহল্লুরগে-কো। গৌবাঙ্গ মহাপ্রভুগী সেবাশিংগী মরক্তসু মুসলিম অদুম ময়াওই। সমাজ হায়বসে তোঙান তোঙানবা জাতি কয়ানা শেম্লিবনে ইমা।

মমা – ঙাইখো নুপীমচা নহাক্কী ব্রাদু ...., ঐহাকপু চমাং চাদুনা শীরো অসিরা ? নহানা মাইবা শারগা মং থৎলি হায়বা ব্রা লৈবনি। নখোয় নহানি মতিক চাবে হায়দুনা মীতৌভমদুনা ইপা ইপুগী চৎনবিবু মাংহল্লগে খনগনুকো। লৈতোন্দা শরু পান্দে হায়দুনা পংঙাং ঙাংবা ফত্তে নুপীমচা মালা।

মালা – ইহে ইমা ! ইপা-ইপুগী চৎনবীনি হায়দুনা হৈবী তৈগদবা নত্তে, ফৈজোম তংখাই শেৎকদবা নত্তে। ইপা-ইপুগী চৎনবীবু য়োকখৎ য়োকখৎনা মতমগী চৎনবীগী চাননবা হোৎনবগা লোয়রে। সমাজ অসে তাইবং মীওইবনা শেম্বনে. মীগী মী অমত্তনে: ঙন্নমক তাইবং মীওইবনে।

**মমা** — খংদ্রে, নখোয়গী ব্রা অসে। অশেং-অমাংগী ব্রাগা অমত্তা শুকয়েং হেক য়েংলুরনুকো নখোয়সিমা।

**মালা** — অমাংবা অদুদি শেংদোক্লগা লোয়রেদনা, থাইনা নিংথৌ পাল্লিঙৈদসু অদুম্বা কয়া অমা খংলবা নৎত্রা-ও ? কোথবগী অর্থ লৈতে ইমা।

**মমা** — খংঙিনে অদুবু, মাবু চিংমী নিঙোল অদু নৎত্রগদি অতৈ অমা লৈত্রে হায়বর-ও ?

**মালা** — চানিংবা ইনশাংনা হাওইদনা ইমা।

**মমা** — অদুদি মাসু মানা চানিংবা, ঐসু ঐনা চাজনিংবা।

**মালা** — অদুবু ইমা মীওইবগী সমাজ অমদি লৈরি। হৌজিকপু মৈনা ঈশিংনা চামদুনা চন্দ্রোবু ইমানা পোকপা নত্তে হায়বা যাগদ্রা ও ? শ্রীরামচন্দ্র ফাওবা হরিজন নিঙোল শবেরীনা চিক্কুনা মহাও তংলবা বোরোই চারি।

**মমা** — অদুবু, ঐবু করি তৌ হায়বগে ? সমাজ অসিনদে মাংঙি, শেংঙি, চীংমী, মুসলমান হায়রিবসে।

**মালা** — অদো ইমা, হৌজিক্তি মতমগা চানরক্ত্রে। থাইনা মমাংঙৈদা ইংবাজী ময়েক ইবা খবরদা থুম হাপ্পদা মাংই শেংই হায়বা মতমদো নৎতবে ইমা।

**মমা** — অদুদি করিগীদমক্তা চীংমী-তম্মী হায়দুনা চিঙ্গাক তিন্নদনা খাইরম্লিবনো ? পুন্নমক চপ মান্নরা লৈরমদ্রিবনো ?

**মালা** — মদুদি মফম, মতমগী তুং ইনগদবনি। চীংমী মরক্তসু মখোয়গী মচিঙ্গাক চাদবা কোকথোং অমসু য়াওরি। তাইবং মপুনা শেন্নকপদা মখোয়গী মশাদা অহেনবা নত্রগা অৱাৎপা অমদি লৈ। ঐখোয়গী হকচাংদা হায়বদি মীওইবগী হকচাংদা হায়বা মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ লৈপাক অমদি অতিয়ানা শাবনি, ঐখোয়গুম্বনি। করি খেৎনবা লৈরিবগে ?

**মমা** — খেৎনবা খেৎনদবা খংদে, ঐহাক্লা পামদে লোয়রে।

**মালা** — মদু য়াদে হায়বা ইমা। হুই ঙাওরগা হুইবু থীবা তাবনি। চন্দ্রোনা ফত্তবা দশা অমত্তং তারবদি কনাগী মচানো হায়না হংলরগদি করিদি খুমগনি ?

মমা – অদুবু হায়বা। মসি নত্তবা নুপী অমা থীরম্বদি য়াদ্রা-ও ?

মালা – অমুক লৌ, অমুক খায়নৌ, হায়বসিবু ইমাদি য়ানিংবরা ? ঐবু ইমানা পোকপনি, অদুগা নুপী ৱাখলদা য়ানিংদবা হায়বসিমসু লৈতবদি নত্তে। মীগী মচাদুবু য়ানিংলম্লোই, সমাজনসু য়ানিংলোই। মীগী মচাদুনসু ফনমক পামদ-দুনসু হেক্তা লৈগে হায়রম্লোই। মসে নুপা মখোয়গী লমচৎনি।

মমা – নুপানি হায়দুনসু মশাবু মশানা মশক খংদ্রবদি করি কান্নগনি।

মালা – অদুবুদি লোয়খরে, শোইখরে, শিৎতোকখিবা তিল অমুক হনজিনবা য়াদে। অশোইবসু মেনখৎপা, হয়েং ইমানা শিরগা মহাক নত্তনা ইমাগী পিন্দ পিবিনবা কনা লৈরি ? মহাক্না পোক্লকপা অঙাং অদো ইমাগী ইশু নত্তে হায়বা কৈদৌঙৈদা য়াবোইকো ইমা। জ্ঞান তাবিরো ইমা, মহোয় তামোসু য়ৌবিবক্লেদনা।

মনি – উম লাকএ।

গীতা ,ত্রিপীতক গ্রন্থ, সাহেবশিংগী বাইবল, কোরান নচিংবগী পাওতাক গীবা লোয়রববও ?

মালা – কদায়দগীনো ওস্থোক-ওস্থোকপা।

মনি – ঐহাকসু মতেং পাংবা লাক্লবনে ব্রহ্মসভাগী য়াথং পুদুনা। ইমা ঐহাক্না মখোয়বু শেংদোক্লবা পুন্নমক উন্নরগা লাক্লবনি। মখোয়বু কৌহল্লুরসি ইমাগী চিংনবা লোয়নমক কোর্কনি।

মমা – খংদে খংদে নখোয়না ফননবা হোৎনরো।

মনি – ইমানা খংদে হায়র্বসি ফজখ্রেদা। মখোয়সু তাইবং মীনি, ঐখোয়সুনি, খেৎনহল্লিবদি সমাজননি, অদুবু অমুক সমাজ অসিনা শেমদোক্লগা য়াই। শেংদোক্লগা মী পুন্নমক তিন্নবি তোৎনরি। মসিদা ইমানা অমুক লৈখোকপীরিবসিদি।

মমা – ফরে, নখোয় ফগদবা য়েংলো, খেৎনবদি খেৎনদে।

মালা – মদু ওইরগদি কৌহল্লুরগেকো, ইমা ...।

মমা – কৌবদি কৌহল্লু।

হা গোবিন্দ, মসি ওইরেকো ইবুংঙো নংগী লিলাসে। ইবুংঙো নংনা কাইনা-চীংদা চীংমী হনুবী অমগী মখুৎতগী ঙমোক হাখিবদো নিংশিংলক্লেদনা। তাইবং মপুগী মফমদা খেন্নবা লৈরমদবা সমাজগী খুৎশেমদতা ওইরেকো খেৎনবা লৈরম্লিবসে। অদুদি ইবুংঙো নংগী লিলাদা য়াওবনা ফৈ। অমা অমুক তৌবা অমা অমুক তৌবা সমাজ অসিগী ৱাসি তোক্লগে। প্রেমগী ঈচেলদা নুংশিবগী লিপুন্দা চৎলগে। অনিংবা অদুনি ইমাদি, প্রেমনা স্বর্গগী লম্বী ফংনবা লম্বী অমা শেন্নসে।

## লোয়রবা

## Light Off



All India Radio, Imphal Station দা শন্দোকখ্রবা short play, Drama, অমসুং অতৈ-অতৈ play কয়া য়াম্না থুনা মথং-মথং ফোংদোক্রবা হোৎনজরি, মতম খরদং ঙাইবিগনি খঙ্জে।

**SHORT PLAYS -**

**1. Woman Programme**

(ক) ললশোৎপীনা পাওখুম রাত্তে।

(খ) মীকানবা।

**2. Children Programme**

(ক) কুমশংবা লমহুই।

**3. F/W. Programme**

(ক) খাইনবা।

(খ) অতোনবীবু মীবাইবিনু।

(গ) ঐখোয়গী পুন্সি। (তাংকক ১--৮ শুবা)

(ঘ) ইমাগী ইবেম্মা।

(ঙ) 'সিবু পুন্সিরা!

(চ) লাইবক্তা তম্লবা।

(ছ) লায়েংগী রাংমদা।

(জ) হুরানবদো ইচা ওইরম্লবা।

(ঝ) মাসু ঐখোয়গী ঈনি।

(ঞ) মাংলুববা পুন্সি অমা।

(ট) চাগোক য়াম্বা কলিদা পাপনি।

(ঠ) খুত্তা পায়বা ইতাওগী য়াদা হুকপা ঐচাগী কুৎ-লাওবা ঐগী।

(ড) রোতোনগী ইমুং।

(ঢ) ঐখোয়গী ইমুং (Grade, B⁺)।

(ন) অনৌবা পুন্সি।

(ত) অহোংবা তাইবং।

**4. Juva Vaani Programme**

(ক) দিপারালি। (Musical feature)

(খ) হিংনবগী লালফমদা।

**5. Drama Section**

(ক) সমাজগী খুৎশেম।

(খ) ঙাকপী হৈবী।

(গ) লাইবক্তা তম্লবা।

**6. Educational Programme**

(ক) অপুনবনা কল্লি।

(খ) হৌজিক কালগী মহৈরোইশিং (Grade, B⁺)

(গ) জ্ঞানগী মণ্ডল।

(ঘ) মণিপুরগী লল।

(ঙ) পরিক্ষা। (Grade, B⁺)

(চ) শিনফম অমা।

**লোয়ননা ঃ**

A.I.R. Imphal Station দা শন্দোকখ্রবা ঈশৈগী শরুকশিং "পুন্সি ঈশৈ" মথং-মথং ...।